"তমদুনা থোক্তুবা লাইবক্তা কনাগী-
দমক তেংথাব্রি হায়বদুদি
ঐহাক থওদে ॥"

য়াম্না চোকথবনিকো। থরম্বু হুংঙাইখোকপা তম্মু করিনোনে? করিম্বু থপ্লেদা, পুন্সিগী মরমদা করিগুম্বা থম্নদং ভর্ক তৌনরবতনি। ফ:র, কোম্না ব'রি শা'শি, ঐ অমুক্তং লে'ইশিন্নুখিগে, ঙাইহাক্তং কল্লমখো। য়োসনী ঙাইবা ওইনা থেংজিবা লাইশিং অচুম্বা মথং মথং ওইনা য়েংশিনখিরম্মী। ইরোই লোইবদা থেংজিবা কোক্তো অহু উবদা ত্তু চুংই, থচনিং নিংশিংলকই থোকপ্রবা থৌদোকশিং।

নোংমনি। য়াওশংগী চাক চানবা হুমিক্তা নমখিবা তুপ কোক্তোনি কোক্তো কাপমদাইগী মীৎ না চোইবা য়াত্রবা কৗতম শেমজুনা লৈনপ্রবা মতাং য়েডি বান টু হায়রকপদা মরজিৎনা কাপী তৌরকপদগী নয়াম বা লাওনা নোক্নুনা পোজ অমত্তা তাদনা নমখিবা কো'ক্তোহনি। মচুপী কোক্তোহ, অয়েংবা কাংবুদি পুক্নি পাইদনিংঙাই লৈতে। ঙাইহাক্তংদি কোক্তো অচুম্বা মীৎ কুপ্তুনা থাখল অমা থহুনা লৈরিক্টৈদা থোক্তেল অমা তাখি, মমা য়েংথোক্নবদা য়ে সনীনা নোক্নচুনা "চংলশি, করি য়েংলম্লীবনো? হায়রকপদা থা-থলগীমুখল হায়জিনখিহুনা হৌগংলকই। চংনা ২ মেমচানা ব য়রকই —"ডা. রংজুপো মবুক্তি ওথোক্না কঙ্কবনিদা পাম্মুইদা" পাম্মুহুনা কৈংগোক্লনি, — নোক্নাংনবা নোক্লগা য়োসনীনা হায়রকই "কোক্নবা য়াবমু নমচেবু" বারি শানা শানা লাকপদা হানপীতাল য়োক্নল্লে। হাজা লৈমপ্রবা কাংবুনা মথোয়বু তরায়া ওক্লয়ে।

হাসপীতাল অয়োপী লোইশং মনাক্তগী থক্তিতং চংথংলগা লৈ। হাসপীতাল অসি য়োসনীনা শাবনি মখতনা শাবনি। হায়বদি হায়মলবা থোকনি। ডাক্তর য়াত্নুনা য়োখা পামজরগী লবাই

রজনীনা মমৌবু খংভরবদা হয়াওবনা লোইরে মখোয় অনিমক্কী মীৎকুদা হয়াওবগী অশাবা শীরিকশিং অমম্তা ওইনা পুক্তিনথরে। অমনা অমবু য়েংন য়েংনচুনা কপমীমকরে। রজনীনা খুনদা চৎলশি হায়বদা রোমনীনা য়াম্রে। মহাক্তি অপ্রোদা অপুমক লৈরগে, ঐবু ভাকপীগু" হায়চুনা। মহাক্কী লেমহৌরিবা পুক্নিদি চন্নবা অপ্রোগী মীশিংগা তোংনজনা লৈবা পাম্রে কোং-দোলক্রে। মহাক্না শাগৎকে নিংঙাইবা পুম্নমক্তু মনেমনী মকমদা হায়ক্করে। রোমনীগী য়াম্নোইদোবা মতে অচু উবদা রজনীসু চৎশি হায়ক্রে অদুগা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুক্নিসু মমৌগী মনাক্তা লৈহনা লেপগে হায়রে।

রোমনীনা চাওখৎ খোংখাদা শোংখরিবা লম অসিদা লৈহনা মখোয়গী চাওখৎ লম্বাদা নাতে থক্তিকুং পাংগে হায়বশি মহাক্কী হায়রেপ্পী অদুনা মহাক মপামক অপ্রোদা লৈবা য়াথিবনি। রোমনীনা অপ্রোদা লৈরবা কান্দা সুন শং লিংখতুনা অভাং মখাম খোংচুনা লৈপা কাংনা লাইরিক তাবিবা তৌরক্রে। পাও তাবদগী রজনীসু মমৌগী মনাক্তা লাকুনা লৈরক্রে। যুম ইংখোল লৈহনা মখোয় অচন লৈমিন্নক্রে। য়াকুনা পামজনবী দাসপীতাল লৈজবা খুজংগী লমদা দাসপীতাল অমক্তং শাবা। মতম খুদিংমক্তা য়াকুনা পাংজরবা অচুথদি রোগনী কাওদে। মহাকসু থম্নি নিংথিং খুদন ওইনা অমঙাদি শাংদমগে।

য়াম্নু থিবগী পাও ভারতকী মকম খুদিংমক্তা য়ৌবনি। থবমদা কোংখ্রবনি। মনিপুর প্রজা খুদিংমক্তা মহাক লৈথিবদা

অৱাবগী মক্রোন পূক্তনা চেংথাখি। ভারত সরকারনা মহাক লৈখিনবদা কম্পেনসেসন লুপা লিশিং য়াংখৈ পীরকই। মেপ অসিনা হাসপীতাল অমা নাম তৌরগে হায়রবশি য়োসনীগী বারেপনী। চিন্না অমা হায়রগা থুংনা অমা তৌবা অহুন্তুবা মীতাচ্চু নত্তে য়োসনীদি। হায়রবগা তৌরগা চপ নায়রবনি। হাসপীতাল শাগৎপা হৌরে। মোটশং মঙুংদা লৈরিবা অক্রোগী মৈকৈ, পুংনচিংবা লৈরিবা অহুনগী থরদং চৎলগা রাজুগী মীংদা হাসপীতাল অমা লিংখৎলে। মথাগী ওইজবা কয়া শাদোকপা অমদি অতা-অনা শিদনা চমজরবা অক্রেগী মীওইশিংদা অনৌবা মাইক থোঙথাং —থাংজিল্লকবা ফোংনরক্রে।

ঙসিদি হাসপীতাল অসি পুমলেংই লোইরক্লুনা গোভর্নমেন্টনা মৌশিল্লে। থুবা থুদিংমক্তা ঙসিদি হাসপীতাল অসিমক্তদা অচৌবা মীটিং অমা পাংথোকদৌরি। অক্রোগী মী পুম্মক—ইরাং লাংলহনা থবক তৌরি খোংলি। ঙসিদি শিথরবা লৈয়োন্দা লাক্লে থৌনা হান্নং, অংবোবা অমগী হুপীনা ওইজবা কয়া শাদো-কুনা কংলরে পুম্নি ময়ামগী সেবাদা।

অসিগুম্বা মতাম মখেক্তা থক্তিকং ওইরবসু য়েজবা অক্রোগী মীপুম থুদিংমক্তা লাংজরিবা মীটিং অসিদা অচৌ-অপাং কয়াসু লাকুনা মীটিং অহু মপুং ফানবা শরুক য়ারে। য়োসনী য়োরকশবসু মহাক্না ইরাং লাংনা হয়াওবা ওক্রে। তাইহাকী মঙুংদা মীটিং অহু হৌরে। মতাপতিবা য়োসনীগী অসিগুম্বা থৌনা, মহাকনা তোংবা পুনি কংথোকপা, থৌবাকপী থুপানিংগী

মরক্তা অভাংবনি থাগৎলকই। ময়াম পুম্নমক্তুম্ন য়োসিনীগী থাগৎ তাহৈ কয়া হাযরকই। অম্বোগী অচম্বা প্রজাশিংনা বা তাংবদা শাম্নকই —"মহাক্না ঐখোয়দা মঙালগী লিক্রম অমা পীবিরবনি, মুক্তা থুদিংমক্না মহাকী মকমদা শিংহত্রবা লমন তোনশিজরবনি। হৈসিদি মহাক্না ঐখোয়দা অনৌবা থৌনা, অনৌবা শক্তি পাঙল হাপ্নীরবনি"।

মহাকপু ময়ামদা শকতাকপা অমদি থাগৎ বাহৈগা লোইননা শ্পীচ থরদং তাংম্নবা কৌশিনথরে। মহাকী শ্পীচ অহ্ অয়াম্বনা খোংকম পুথরবা ইভাতী অমদি কনানস্থ থওবি উবিত্রবা চাওথংশগী মঙাল কংজত্রবা অচম্বা থুঙং কয়াগী পুন্সি মরেল অমদি খোংকম পুথরবী তুপী কয়াগী মরমদা তাংলকই। থেম্নবা লৈতনা অপুম্বা লিচিংনা ঐখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইনা পুন্সিনগদবনি। অমনা অমগী মাইয়োক্তা লেপ্নুনা অয়াকপা মীয়ৈংগী কোলহৌ অচ্ মতম থুদিংমক্তা লোথোক্নবা হোৎনগদবনি। হাইক লদীদা ঐখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইবগী লিপূম্না পুন্দুনা খোঙ থাংজিনগদবনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী মরক্তা লৈরিবা মীওইশিংশিংবু অমনা অমগী মথক্তা লৈথস্তুনা মাংহনবা অসিনা কৈদৌকৈদম্ন ঐখোয়দা মাইপাকপগী খোংজেলদা য়াংশিনবা চম্বোই মরম অহুনা ঐখোয় পুম্নমক হুংশিবগী লিচিংনা থম্বোইদা চেৎনা পুনবা তাই।

ভসি থুক্তা ইচিন ইনাওশিংনা — ময়ামগা মীমাননা লৈমিন্নবা ঐহাকী পামজবনি। কম্নিম্ন লৈত্রবী পংলবী ঐবু ময়ামগী মনাক্তা

বা খজিক্কং ভাংনবা মতম পীবিরিবসি ঐহাকীদি থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবক কবনি লৌজে। ময়ামগী মরক্তা তিঞ্জহনা, মতেং খজিক্কং পাংবা ভমহনা আশাগী লিক্লম অমতুং য়াত্তুনা থম্লম্লবা অহু ওইরবদি ঐগী পুন্সিগী মৈরা মুৎপ্রবসু ঐহাক শান্তী ওইগনি। ঐখোয় ইশেলগী মরক্তা শোক্লা শম্লবা য়াদবগী অশিকপা বাখলগী শক্তম অসিদি মরু ফুক্তেৎক্নবনি ঐগী পুন্সিনা ময়ামগী সেবাদা কথোকপদা ময়াম্না হয়াও হয়াও লোবিরবদি ঐহাকী পুন্সি মহৈ য়াল্লবনি।

তেনতক্লা খজিক্কংদা ভাংলবসু মাগী খোইথুম্লবা বাহৈ থর-হুতনা অভাবা ভ বোকপু থরগী মখৈদি ভুমহংখি। মীটিং অহুদা মাগী খোনা, বাখল অমদি থোইদোক হেন্দোকপা মগুন অহুবু ময়াম্না থাগংখি।

মপুরোইবা শেংনরবী; নোনা লুপ্রাশিংদা চল্লবী পুন্সিগী অরংবা ইথক পুম্নমক মাংহন্দুনা থবাই কৎলরিবী মহাকপু করবা মতমদা কাওরগদবা। হুংদা হকপ্রবা ময়োক্ত নোংনা চামথোক্লবসু হেন্না হেন্না ময়েক লারকই।

হুমিং অহুদা "রাজু মেমোরিয়েল হাসপীতাল" শঙ্গাখি। হুংতাই হয়াও পুংথোল হুবদা মাইকৈ থুদিংমকনিনখি। রাজু মেমোরিয়েল হাসপীতাল অসিবুদি খুজা থুদিংমকী থম্মোইদা কাও-ভমদনা লৈহোরনি। মীটিং অহু লোইশিন্নকপগী মচুংইগ্না মীশিংসু য়রি য়রি থোক্লক্রে। হসি হুংতাইরবা হুমিং অসিদা

য়োসনীদি হয়াও তয়াম্বগী মহুত্তা অবাবগী শক্লোন অমা মাই-খোংদা মমি তারি। হুমিৎ অসিদা ডাঃ রাজুতগা য়াওরম্লবদি হুংঙাই দুংলেজবা ওল্লমগদবনি, হয়াও শরুক থুংলমগদবনি। নিংশিং-লকই কাওপ্রবা মমাংগৈগী স্বরদো খঙহৌদনা চৎনা চৎনা মীয়ৈংগী য়ুথল হায়দোরকই —।

— "নংনকনে ময়াম মমাংদা খোক্নুনা ভাষনকা পীবদো ঐদি ওঙ্খোক্না য়েংজনিংই" অহুদা ঐনা .................. নোক্লহুনা হায়রকই।

— অহুদা কৈদোরবা?

— কৈগু ভৌদেদা।

— শে, নংসিমা বা লোংপা ওঙ্খোক্না হৈদ্রে। মীগী খঙ্খোইবু সুম লাংতক্লহল্লি।

— ঐনা কনাগী খঙ্খোইবু লাংতক্লহল্লিবা!

— ভৌরিহুনিদনা মীওৎপা, হায়গদবা বাদি কোক হেক হায়ত্রদনা। হায়রোসে করিনো য়াম্না তানিংঙে।

— করি বানো হায়গদৌরিববো? খঙশিন্নবনা হায়রকই

— হায়গে ভৌরম্বদো

— নংননে — .................., ।

— কৈদোরবা! মখাদি ..........

— নংদি ওজানিনা ভাষন পিবা য়াম্না হৈদ ইদো। হায়কুৎ খোংকুম ভৌরহুনা য়োসনীগী লোংতুংদা পাইরহনা হায়রকই — নবো ময়াম মমাংদা ভাষনকা পীহুনা লৈরিবৈদো, ঐনা চৌকিদা

কমছুনা নৈয়গা ……… ‥নত্তোন্দকা…

—হৃম অছুপী ওইরেকো। মথা তাবক্কিংঙৈ রোসনীনা থুরকই।

— অহৃদম্ব নক্রিদা য়ায়া লৈরি।

— চংলগেসে তানিংদে, ইকাইদয়া করিনো ?

— ইকাইদে।

— সে থাদোক-ও, ইমা'বেম্মহোই লাক্লনি ;

— লাকখিরোই, থুকেংহ্ তাপ লাওনা কাই—থাদোক-ও—।

— ইকাইদবনিনা ঐদি থাদোকওইয়ে, নোক্লহুনা হায়রকই।

—মীনা হায়রগা হূম তাওশিংদ্র, অচাং মগাদোনা শাওরংলনা হায়রকই।

— ঐবু মতম থুদিংমক্তা অদে শাহ্না নৈযু হায়রিবরো]?

— নৈগুবি, নোক্লহুনা রোসনীনা হায়রকই—"নৈত্তদি নংবুদি" "রাজু" মপান্দগী রজনীনা চংলকপহ্ উংগৌদে। থংত্ত্রেক থংনা রোসনী থোংলোমদা য়েংথোকখিবদা মনেমবু উবদা ইকাইবোই করিওই চেংত-ক্লনা লেপ্পুনা লৈরে। রাজুহ্ মমানা কোবহ্ তারহুনা য়েংথোরকই রজনীনা হায়রকই-ঙমি থবক চথোকদবা নৈবা হুপামচা ?

— থোইদোকপা নৈত্তেবু করিগীনো ইমা ?

— নং মামত্তোমা অমুক্তং লাকউ হায়রকইনে।

— অনা অয়েকা য়াওব্রো ?

— অহূপীদি থোইদোকপা য়াওদ্রমারে ; চুমা লাকউ হায়বা ওইরমারে।

— হোয়েন চংলুসে। শোহাংননা হায়বি।

রজনী চৎখে। রোসনী:শাওরংনবা খোয়কুনা রাজুনী মবাক্তা লেরিবা চৌকি অহুদা ৩ক হেক্‌কমথরে, চাইরবা লাইরিকশিংচু ...া অমতা ভাংদবমখৈ লোইশিল্লি. হন্না কাওবা য়েংখোরক্লে। ...াইহাকী অচিকপম্ব থুগাইদুনা রাজুনা কৌরই — "রোসনী"

— কৌবিরকম্, ঐবুভু চোপহনগদৌবনী ভোরিবা নত্রদো? পেল্লরিনিনে।

এ! য়াম্না শাওরিজালে।

— ঐভোম্পনে বাকা অমতা ভাংবিরকম্, ভসিদনী হৌনা খং-নরবনিকো।

— ঐদি ভাংনি, খংনু খংনদনা ঐখি কৌনি — "রোসনী",

— কৌবিরকন্ মাইথাবসিদি।

— কৌবগা য়াত্রজাৎলো? য়াম্না চাওজাৎনিনে।

— চাওখে, চাওখে শুগৎলছুনা হায়রই "কৌবগা য়াত্রে"

— খেবগা য়াররোইনে? রাজুনা লরুহনা হায়রকই

— খেবা য়াবা মুখী মানত্রো ঐবু?

— মানজদে, মানজদে।

— নখোয়না ঐখোয়বু কাজিন্দুনা কৈতঙখংদা থমখদো হৌজিক য়াত্রবনি।

অহুনবু ঐদি নহাকপু কাজিন্দুনা কৈতঙখংদা থম্মনে? নংনা মরম চানা চৎপা থবক থুদিংমক্তা ঐবু থিখেরনে?

— থিখেদো। খোল্লগা হায়রকই — অহুনবু ঐনা "..." কৈখোইরবা?

— মুংঙাই হায়বা।

— হেন্না বা অমদি লোৎলেদা, তাকখোনিংঙ্ৱবনু কৈ কৈদৌগে

— ঙকচরেদকো পূক ফত্তবগা তাহল্লদনা —।

— অহৃদি হায়রোদনা।

— মঠ মায়দবা হায়বসি অৱাবগী মশক্নি হায়বনিদা

— তৌবদি।

— অদো ···; নংগা ঐগদি মাইন্নদনা।

— খঙতে, খঙতে নংনা হায়ব্রিসিদি মঠ মায়বগী ঐঙোন্দা নৈরিনি সিনিনে।

— হঁ: খঙবিরেদা।

"চংহৌরোকো রোসনী" মেমচানা হায়রকপদা খংপ্রেক খংই। হন্না য়েংখোক্লবদা রোসনীহোইগী কোখোং ওইরম্মে। অদুন খংঙা তারকই, ঙাইহাক্তি বাখলদা তাওরুবমাল্লে। 'অশাংবা খং মগী অমা হোল্লগা হায়কই — "চংলোকো, নৈহৌরগে" খাংনিংঙ্ৱবা খোংসিনা অদুদে মাথে খাংদুনা ইমুং চংলক্লে। মুখিত্তু মদি বাখলদা ঝুপ্পখিবনা, থবক্তা খোইকংলুদরে। হৌঙবা পুক্তিগী চেনা মক্তা-মদো কাত্তোক্লগা নিংঙমদবা খঙ্খোই কাইবা ম্মনা মাইকৈ পুনা নিল্লকই। পোথাকম খঙদনা মুখিত্তুমা লেল্লে।

\+ + + + + + + +

চহি অনিথোম লেবেনবা মেমচাগী জিরিদা নৈ। হৌজিক্তি ইস্কুলদা নৈরে। রোসনী মাওথিবগী পাওদি খবরদা বাম্পীথিবদা

মনিপুরগী মফম থুদিংবক্তা পাও লন্দোকখ্রে। রোসনীবু অত্তো তাম্না থিনজিনবিরম্লগা অমুক জিরিদা চংখিবনি। রোসনীগী পাও মেমচাম্ন তাদুনা লাকপনি অদুগা রোসনীনমু চিঠী থাবকপনি রোসনীগী বাখল, তোমশ্রীবা মথামতুদা মেমচাম্ন থাগত্তবা ওমদে। মীটিং লোইরগা লাকপদা রোসনীগি বাখলগী সমুত্রদা লুপখিবনা মেমচানা নমুন য়ৌরে চংহৌরো হায়রদা থংগ্রেক থংনা মংকাওন রকই। মেমচাদি মথুরাগী মমুংদা চংখিবনি। রোসনীনা মুমিং নিনিদং লৈথো হায়বদগী লৈবা তাম্রি।

রোসনীগী পুন্সিদি অম্নুম্না ময়ামগী সেবাদা পুন্সি লেপনি। মসিগীদমক্তনি মমানা হায়বা ইশ্বরগী থদ্দং নাইদবা লবেলদা চংকনি হায়খিবনি। সিংজিং চাওরে চদি ১০ হায়জিন্নক্রে। রোসনীগী অবাবা থোইনা লৈত্রে। মহাক্না নিংজম্নহ্নু পুংলে হায়বা য়াদে। আয়াম চৌকিদা ছাইহাক তাথত্তনা লাইরিক অমথক য়াম্না থবাই য়াওনা মাগী কাদা পায়ী। ইথং-থংহৌদনা তুংলোমদগী চুপী খোজেন অমথক হত্তুনা চংলকই — "মথাদি ইথত্তবরে," তাবত্তা খোজেন অহু থঙলে হায়রক্রিবহু মেমচানি।

"নহাক্তী থবকসি চিনখেবে, ছাইহাক্তা থেক পোথাদে" লো-ক্লগা মেমচানা হায়রকই। পাংখ্রীবা লাইরিক থুমজিন থুমজিনা তুংলোমদা লৈথোক্লগা রোসনীনা হায়রকই — কৈদৌরগে কোক চংলকেদি হায়রদনা থোংজিন ময়াদ অমুক নাইথহ্নমা লৈহিবু। তমা চংশিল্লকনা রোসিগী মনাক্তা লৈরিবা চৌকিদা ফমথরে। রোসীনা থায়রকই — হৌরেং পোম্নদনা চংগা তাখেনে? — ঊম

— লৈখী থোং কত্তবনিনা লমদি নক্কবস্নু পাক্তি লাকপা ঙম্মোইদো।

মেমচা বা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন য়োসনীদা য়েংদুনা লৈরে।

রজনীনা মেমচা লাকপা উবদা কৌরকই — "ইচা লাক্লিদনা" থোক্কেন অহ্ন ভাবদা পুক্লিং থোরকই। লক্কেন হাসপীতালদা য়াজুনা নাক্কুনা লৈরিবৈঙী বা নিংশিংলকই। মেমচানা তপ্পপা খুম্লকই। "অহোই ইমা"

রজনীস্ন থোকখ্রে। কা অতুদা য়োসনীগা মেমচাগনি লৈ-রিবা। য়োসিগী মাথলবুদি থোংদোকহনবা ঙম্মোই হায়রন্তুশিন্না খল্লকই. অমুকস্ন হায়গে নিংলকই চেকশিহৌনবা। মেমচাগী মাইথোংদা থওনিং হংনিংবগী মমি ভারিবতু উবতুনা য়োসীনা হায়রকই — নহাক্না ঐঙোন্দা হায়নিংলিবা বাতু হায়দোকউ কৈদৌগে?

— কবিস্ন কায়দবা বাবি. নঙোন্দদি অর্থ লৈতবা বানি।

— অতু ওইরবস্নু ভাবতদি য়াইদনা।

— ওক্কা সমত্রেত্র সিদস্নু ইতৎ-ততনা লাক্লবগনি—লাক্লা ?

— লাকই, কল্লিপীনো ?

— নঙোন্দা বা অমতা হায়রা ?

— হায়গে।

— মহাক্কণি নংবু ............

— ঐবু !! মরক থংলহনা য়োসনীনা হায়রকই — "ঐবু— পাপপী বানিবে"

— ওইরমাল্লে।

— ঐগী য়াদি, থিক থিক নোক্লদুনা "ঐগী বাখলদি নং খঙবা নত্রনে ?"

— খঙই, অদুনবু ………… ।

— কৈদৌরবা !

— হায়বদুদা হায়বনি য়োসি। মহাক্না ঐঙোন্দা নংগী য়া হায়বসি অঙকপনি, ঐদি মহাকপু চৈবদমক থংলিবনি। খাদি চেকশিন্নু মহাক ভোঙমদবা মীনি। হন্দক্কি য়োমনী নোক্নমক নোকলকই মথাদি তারক্কে। ডাইহাক নৈরগা চায়রকই— "ঐ-ঙোন্দা হৌজিক কল্লকপা মীহোৌবা অমত্তা লৈত্রে। সিংহজিৎকীদা ডাইয়ে অদুবু মহাকম্ভু হৌজিক্কি চাওয়ে।

মেমচান্নু তুমিন লৈরে। মহাক্না খঙই— য়োসিবু মাইথিবা পীবা ঙমগদবা লৈতে। মহাক্কীদি অতোপ্পা সংসার অমদা লৈরবনি। পৈশা কংদনা (লৌদনা) অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীদুনা শেমগৎ শাগৎলিবনি। মপাগী পুন্সি কখোক্কুনা পুংডাইবা য়াগ অমদা তাওদুনা লৈরিবনি। ডাইহাক্কু তুমিন লৈক্লবা মতুংদা অচিকপদু পুগাইদুনা হায়রকই — "নহাক্না ইরিবদু লোইরবরা ?"

— লোইতে।

— কন্নিগী মরমদনো ?

— থুজং শেমগৎ শাগৎপগী মরমদনি, য়ামা য়াংজি অংথাই অকপদমক ডাইরি। অদুগা শোইহাংনেনা হায়রকই — "ইহা মশিনি পকইদা হৈবা হায়বদুনি"। ফনা হুইনো বাকি শারবা

মতুংদা মেমচানা ঙর অমত্তং চনিং তানা হোৎলহন্না হায়রকই—নহাক লৈরেবা তুংদগী "RAJU MEMORIAL HOSPITAL" দি অনুমক-লোংদনা লৈহৌরনিদো। বাহৈশি হেক তাবদা য়োসনাগী পুক্নিং নৌরকই। পেংজিলক্লবা অহৃদদি মেমচাগী "চৎলগে, লোংমা লাকে হায়রম্লগা চৎখ্রে। কমুংদা চংহুনা য়োসনা পুক্নিং শুংশিনা লৈরে। বাখল অমিত্তবু চংশ্লবদি য়োসনাগী নিংঙ্গদদা লৈর-মোইদবনি। অহৃবু হে মুংনাইবা য়াম্লবা নংগী বাখলতনা থম্মোইবু লাক্লোই চনশিন্নকই। থেগৌনিংঙাই লৈতনা পুক্নিং পেম্না কপ্লে। ইমাবেমা লৈরমগ্রবদি ঐ শিরবগী য়াবনি তশ্না ওমদে। ঐগীদি পুক্নি অসে শুংঙাইবু তমখিগ্রমাগ্রে। কমুংদা হৌপ্না হৌপ্না ফজ্ঞাংদা থেৎলিবা লাইশিং অহৃ মথং নথং য়েংশিনখিরম্মী। থাই লাওই, তু চুংখিবা থংহোদে। ঐগী মীয়েংগী মাংদা মাদি মোমোন নোঙ্গুনা লৈরগ্রে।

—হম্মক্লি কারস্থ পুংলেবা য়ারে।

—চেনখিববু কয়া কুইরবগে?

—কনা কুইরে, হম্মকী চহিদা থুংলেবা য়ারে। কুমাগীদি থুংলরে, মাগা ঐগদি থোইনা হায়দবনি। নংবু পুরগনে, নোক্রহন হায়রকই — থংঙবরা, কোইচৎ চৎকদোরিবনি।

— ঊম, ঐহি নংগা চৎমিন্নবা ইকাইহে।

—ইকাইবরা য়েংশি হায়বা! য়োসনাগী লোংচুমহ নিক্ল নিক্লহনা হায়রকই।

— ভুগাইরেদা, লৈথোক্লগা চৎকে তৌই।

— হাইখো বা য়াম্না লৈরি হায়গদবা।

— করি বানো ?

— ভকশিনফুরবদি কাওরেদনা।

-- অদুদি চৎলগে।

— হাইখো।

— করিগীনো ?

— থবক্না লৈত্রো ?

— লৈতে, করিগীনে ?

— লৈরবদি নাপী নত্তেং পাংথিদনা

— হৌজিক য়োসো থবাই তানা নোকথোরক্লে।

মুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই — "অদো ......"

— কৈদোরবা —

— করিসু তৌদে

— হেত্রা, বা অমদি লোৎলে

-- লোত্তেদা, চুপ্পা বা অম নিংশিংলুবনি।

— করম্বা !

— নোংমা মেমচানা হাদ্রবদো

ওহো ! হায়রম্লগা য়োমীদু মনাক্তা চিংশিনদুনা কমহল্লে অহুগা নোক্লগা হায়রকই — "ঐগী পুক্নিংসে নহাক্কী মহাক্ত য়াওরে।

— সে তানিংদে, তৌরকপদোনি শাপী হৌনবী হায়দুনা

য়োসনী কুব লাওনা হৌগৎল্লুনা ইমুং চংশ্রে য়াঙ্গনা মাগী তুংদা মীয়েং কুপ্তুনা য়েংল্লনা লৈহৌই।

\+ + + + + + + +

পুন্সি অসিদা নংগা অমা তুংডাই শরুক য়ামিন্নি হায়দুনা লাকপনি অঙ্গবু কন্নিগীনো হে মুৎনাইত্রগা নংনা ঐবু মতম থুদিংমক্তা মুৎপা ঙম্মরোইদবা মৈন্নি অমা থনলমদুনা পোৎথাকম থংহল্লীবা। মীৎকী পীগী ঈচেল থিংবিনবা লৈতনা চেম্বিবা।

"কৈদৌরবগে য়োসী" মথিৎ ইন্না চেন্নদুনা য়জনীনা হায়রকই— নংনা অঙ্গুম্না কপ্পুনা লৈরগা ঐবু য়েংহুনা লৈয়ু হায়রিবরা ? মতম্তা তুংশিনা কোম্লহুনা মহাকস্থ হীক হীক লাওনা কপ্লক্লে। য়োসনীনা মীৎ পাংথোন্নকপা মতমদদি লৱাইদা ঈশিংনা পোপ পোপ কুহ্নুনা লৈরম্মী। থোঙেল থোক্রম্ব কমুন্নমান্নে মীৎসি পীনস্থ পুমলূপ লুমখ্রে। ডাইহাক্তি জান তাক্লত্রবালে মীৎ পাংথোক্লুনা হুবিন বা অনম্বা ডাংদনা লৈবহ্ উন্নগা য়জনীনা হায়রকই— কৈদৌরে য়োসী।

পাওখুম পীদনা তুমিন লৈরে মম্না য়েংথোক্লুবদা কয়ুংগী নাকলদা সিংহজিংনা কপ্পুনা লৈরম্রে। সিংহজিংকী মকোক্তা তুংশিনা নানবিন্নহুনা য়োসনীনা হায়রকই—হৌজিক্তি ঐহাক কৈদৌদনে, কন্নিগী কনী ইবুংতো "কমগী থোঙেলস্থু ইক লাওনা কান্নগা য়াম্না তথা থোঙেল নিক্না হায়রকই—"ইন্দোমচা!"

কন্নি নিংশিংলব্রবনো থডবে অমুক নোংহৌননা য়োসীগী

ফমুংদা ফমহুনা রজনীদি কপ্পুনা লৈরে ! হেম্না হেম্না থম্মোই লাংনবনি, হুংঙাইতবা পুম্নমক ফাজিম্নগা সে কপ্নহ, কপ্নহুনা করি কাম্নরীবা তেংথারগা করি তোংঙরিবা মচিন্দদি অহুম্না হাম্ন-দোকখ্রবসু পীরাংদি লৌহরি। কাম্নরোই থহলহুনা রোসনী হৌগংলক্লে, চাকথং তাম্না চংশিন্নরক্লে। ঙসিদি থেংলে স্কুল চংলরোই হায়হুনা চত্তে। .

রোসনীনা মংগী কাদা লাক্নুনা করিনোম্মা য়াম্না কম্না ইরি। মরক মরক্তা ইরিবা অহুদসু অমুক অমুক পারি, মচিনবান অনিহু চিকথিরে, পাঁঙমহ থজিকং ঙক্লপ তৌই, য়াম্না মুম্না বাথল অমা থম্বা মাল্লি। মমৌগী মত্তৌ অহু উবদা রজনীনা হায়-রকই—নথাবু শোক্লনিনে ইবেম্মা, মযেংসু য়াম্না ঙারে। নহাক্কী থবকসে থিং য়াম্মনরে। "করিসু তৌরোই ইমা, তুংথা থাব-বসিদা তৌরিনি", নহাক্কদি অহম্না হায়রিবা নথাদি নোংমা নোংমগী শোকচিলক্লে। অমুক হন্না পুন্নুবা তৌদনা মাগী থবক্নু তৌহুনা লৈরে।

# অনিশুবা মতাং

বসন্তুনা চংলকপদা লিথরুরবা উনা বানাশিংসে অমুক নৌনা ময়োল চোংলে। মালেম নৌনা মাপহৌনবগুম উরে। প্রকৃতি ইমাদু বসন্ত চংলকপসিদদি ফাররা শন্নাংশিং পুনথন্তুনা হয়াও শরুক য়াররে। পাংরবা মচাশিংদা অনৌবা থৌনা হাপ্পরে; জানগী লপি পৌররে। ফাইরেল থানি। নিংথম থাগী য়াম্না ঈংবা উন তাবা মতম অন্তদি নংস্তু। থোইনা পাংইং ঈংস্রে। মুংশা হায়গথলে। অয়ুকনি। দেবেনগী রাজুগী থৌবালদা কোইরুশি হায়ছনা চৎলি। সাইকলদা চৎপনি, মুংশা য়ুক লাওনা শাবা নত্তবনিনা ছমাং থোইনা লোদে। ইফালদগী থজিক্কং হেক হায়থখিবদা লৌবুক হাকা উবা কংগনি। লৌলোকল্লবা মতম্নীনা লৌশিংছু মীৎয়েংগী ওমথৈদা তাম্না তাম্না শল্লোক্তুনা লৈপ্রি।

লিলোংদগী থন্না চৎলগদি চৌংলক্তা লথেল শেমছনা লৈরি-বহনা চৎলে। লম্পিন্থ কাথংনবা হোংনবদা থরদি বারে, ছমাং তারে অঙ্কুমকপু সাইকলদি লেপ্তুনা থৌরকপনিনা থৌবাল য়ৌরে। থৌবালগী লাই হয়াওকম য়ৌপ্রিভৈদা ইনক নক্না শরৎকী মমুম লৈরম্লে। কুইনা উমরুপ্রবা মমায়বা উম্নবদা মথোয় মশেল হয়াওবা কোংদোক্রি। চাক ঈশিং চাছনা কনা কুইনা বারি হাত্তাই শামছনা লৈরবা মতুংদা থেংলে হায়ছনা রাজুগা দেবেনগম্বু চৎপ্রবা শোম শারে। মুমিদাংবাইরম ওইরক্লবদা মুগীমচাশিংনা মথুত্তা

াবুল অমমম পাইরম্লনা মখোয় মশেল হোন হৌনহনা হৈদেনগী
ইশিং শোকপা লাক্লি। তোটি লৈতবা মরম্মা লমদমসিগী মী
অয়াবা তুরেলগী ঈশিং থকই। রাজুদি অমুক্তা তুরেলদা ইরু-
দবনিনা অহাংমচাশিংনা তুরেল ময়াইদা কুমহনা ঈরুকা লুজবগো
ওহোক্লা মুংশা থি, ইরাক্লগত্রা চিংনজে। অহবু কুইনা লৈথোক-
পদি রাদবনিনা থোক্তিংক্লবা অতুদদি চংলসি হায়হনা সাইকল
কয়া থৌহনা লাক্লে। মখোয় অনিনা শিংজবৈ থৌরকপদদি
মুমিৎ তাক্লম তাক্লম তোরে। শিংজবৈ সাইন তৌকম মনাক্তা
দেবেনহোয়গী পাবুং থেংনক্লনা অমাং অনাবা রাওই ডাক্তর কো-
রুখিসি রাজু নহাক চংলম্মো থেংনু থেংলে হায়হনা থাদোকখে।
রাজু মতোমতমক সাইকল থৌহনা লাক্লে; মুমিৎ মমুম চংখবনা
উচেক বায়াশিংমু মকোন মকোন্দা চংনখে। শিংজমনৈগী সাইন
তৌকয অত্নদগী থয়া চংলগা অমাং অমগী 'অয়ো'মা' হায়বা
খোজেল অমা তাখি। অহুগা জিপ অমথক্তি রাম্মা কম্মা থৌ-
ক্লিবহ্ শয়কী মৈতাম্বুদা তশেং তশেংনা উই। সাইকল কয়া
থৌহনা তাখিবা খোজেল অতুগী মাইকৈরোমদা চংশিনবদা উরে
অমাং অমথক শয়কী চিদাইদা তুহনা লৈরে। অমাং অহু রাম্মা
খিনদি থোক্তে। রাজুগী সাইকল কেরিয়ারদা হাপ্লুনা অমাং অহুনা
তাকপা মরুংইম্মা মমুম তাম্মা খিজিনবিনবা সাইকল কয়া থৌরক্লে।
হম্মা কাওবা য়েংলমদনা, ।ওইবগী থম্মোইদা বীহুংথিগী মচেৎ
অমকাও শক্তনা চংখিবা নিপাহুবু পুক্লিঙ্গো পেম্বা পোক্লকই।
অমাংনি, থেংজিনবনি য়েংথিরবমু রাবনি নাহোকহৌরগা পোইরে

ইমানা মোমোন নোক্লহনা শোম্বাংননা হায়রোই "ঐদি কেবগা হৈত্তবোই নিংথুরে, য়াম্না হৈরমলিজাং ওইরে" ইমাগী মাচু ভানা ভানা ভাশিন্নদবা শাহুনা থোক্লে। লমখাংদা লেবেন থেংনহনা চিংজাদখাদা থাবল চোংবা য়েংলুশি হায়নহনা চৎলে। লেবেন্সি থাবল চোংবা য়াওৱে, ঐস্থ কনা কয়া থাবল চোংশি ওকই অহুবু অমুক্তা চোংজক্কবনিনা ইকাইখুম কবিগুম তৌহনা লৈরে। লেবেম্না য়ামন্দহনা অমুক্তংদি চোংলুই। অহুম য়াওৱে অনি' অহুমলক্তং য়াওরগা থোকক্লে অহুবু খুমিত্তুগা থতলকই— থাবল চোংবা হায়বসি নিশা অমনি। থোংজিনক্লবা অহুনদি চৎলসি হায়নহনা লাক্লে। য়ুম য়ৌবদা ইশানা ভাইহনা লৈরম্লে। হায়রকই—হয়েংথৈবদি য়াজু ওয়া হয়া হজিনলকউ, য়ুম মী কনাসু লৈত্তে থজলিবা নত্রা? পরিক্ষা থিত্তা ভাইরে অহুগা মংনা কয়ক তুরক চত্তুনা লৈখিবা কবিগীবো? আশা পুরমক মতোম্বা থম্লোবনি। ভাংনা ভাংনা ইমাসু ইয়ুংদা চংলে। য়া থমদ্রা হাংদনা ঐস্থ ইমাগা তুংথ মাংথ চংমিন্নরক্লে। ইমানা ভাংবা পুমমক অমত্তা থুম্রুবা তৌদনা কমুং চংলে। পাক তুবা য়াদে কম্নিনবো থতলে। নহানমথৈদি কমুংদগু হেক চংহনা কোতা মোনগবু ভাইনথবাদি তুমখিবনা হানবনি, কৌবা কাওবা থুনদবনি অহুবু ওলিদি মীং কাওবা ঊইশিনু য়াত্রে। পুক্নিংদা মতম মতম থক্তি, থনবমথৈ থম্লুবগা ইথত্তা শোকরকই— "মোমো নত্রগা লোংখদি মমাং য়াওজবা পুন্সি অসে মরেক কাহুনা ইথক ইপোম তৌরকপিলিবনা।"

# অহমশুবা মতাং

য়াওশং হুমিৎ ভরানিয়োম হৌখ্রে।

নোংমা দেবেম্না মখোয়দা লিপা ভোমি য়েংবা লাকবা য়াদে হায়বছুদা, মখোয়দা থম্না ভম্না ঐ চৎলে। লিপাছু ফাষ্ট সো ওইরমাম্লে য়াম্না ভম্না কৌই। ঐ লাকপা উবদা দেবেম্না হয়াওনা কৌরকই। ঐস্তু মরূপকী মমাই ভাকপা ওইনা অচাং ময়ামশিং অহু শেম্নবোই করিওই ভুংদা লেপ্নী। হথং থংকোদনা ঐগী ভুংদা ইয়াং লাংথগী থোক্লেল অমা ভারকই। হম্না য়েংথোক্লুবদা মুপী থম্না শোখদা য়েংশি, শোখদা চৎশি হায়বনচিংবা মখোয় মশেল ইম্নছুনা লৈয়ম্লে। লৈশাবী মরি মচা য়াওই মখোয় অহুগী মরুভা লৈশাবীশিং অহু অয়াথনা য়াম্না কেই, মুমিদাংছুদা চন্দোল কাওবা থিম্নি অহুবু মখোর অহুগী মরুভা অমত্তুংদি কেদে, ইচম চমই। মাপী মমাইছু কোইম্ন কোইদে, শাংম্ন শাংদে, মীওই মীংভৌ য়াম্না থাংথম্ন নভে য়াম্না লেমথম্ন নভে; মগ্গাং য়াম্না চেংই মীংকো পা শাংই। লোকপদা য়াম্নী লৈ, মরিং ভূংশি। শমছুম্ন ইনথি মুংভাইনা হালকপগী মওংনি, কারণ ভোই। ভাংলৈনবা কী মভেক অমা ইম্নি পোইকোম্না কেরুমথম্ন ইচম চম্না য়াম্নথক কভৈ। ঐগী ইনাক্তা ভম্না চৎথিমছু মুম্না য়েংহোই। থাই লাওই ইথুং থংহৌথা, লাকরুক

হয়রা য়েংথোক্লুবদা উরে । কোম্বোংবৈ থিংজিন থিংজিল্লা দেবেন্না লেপলাও লাওরকই—'মরম ওক্রেদা অহুনিদনা মুপামচা হায়বত্রপি" মাজু নোকমক নোক্রকই, বাদি ভাংলকে । দেবেন্না হায়রকই - "থবক লৈত্রা ?"

—খোইদোকপা লৈতে, করিগীনো ?

—থবক লৈত্রবদি শিংজমদৈদা ভাইহাক্তং চংবুসিদনা

—কৈদোবখো

—ঐখোয়গী মনিংগী হগ্রুবদু লৈখিত্রে, হয়েং শোরাংনি দপ্তুর অমুক্তা লৌমিন্নরক্লসি ।

—কৈ, ঐ লোইশিন্নখিগে ভাইহাক্তং কন্নমখো হায়রম্লগা মাজু চথরে । কিরোল শেৎচিনবা লোইরগা চংলসি হায়দুনা ছুংথ মাংথ থোকমিনরক্লে । লথেল চংনা চংনা দেবেন্না হায়রকই—কমদোরি, হন্দকী পরিক্ষাশি পাস হেক তৌবগা ডাক্তর ওবা চত্তোইনিনে ।

—উম, চংলবা য়াই অহুবু নংদি…………

--চংলবা য়াই হায়রবশু চংকদৌরি কোক হায়রগা লো-ইরে অমুক কোথত্রবনু ঐগীবুদি শিদম্নম ওমথবা ভাবেদনা । নখোয়গীদি ইমাগা পাবুংগনা কৈগাক কৈথিবনিনা কৈদো ঐগীদি মহুত্র কদাই—হৌরম থুদিংমক্তা পুম্বত্রা । বাখি শানা শানা লাকপদা শিংজবৈ য়ৌখিবা খঙহোয়ে । নখোয়গী মহুৎ য়োবা কাপ্লদি মাজু ইঙক ওক্রে মরমদি লোমবা মানা অশোকপা মুপী কচা অদা থিবথিজ্জা মুবহুলি । মাকোলদা সুপী অমথক্তি মহুৎ

'ওহোল্লহুনা করিনোম্মা পাগ্নি। ঐগী মীৎয়েং অমুক লৈরে, মঙোন্দা থয়ে। পুক্নিংদা চিংনবা অমা লোকই মাগী ফুংয়ান তাবা শন্নাং শিংছ্ উরগা মহাক্রনে............ পুক্নিংদা মওন মওন থক্নি, ওইথোককম্মদি থোক্তে মরমদি নহানমুক লেবেন হোইদা লিপা য়েংবা চৎপদা মহাক লাকই অহুগা ওশিনা কমদোনা.........। থমা থমা মাখোলগী দাগ্নি য়ৌরগ্রে। অতাং অদু য়েনথাযোমদগী চেংহোরকই, ঐবু উবদা নোক্লকই।

ঐন্নু নোক্না হায়খিগম্মী—অনাবা ফগবা নত্রো, কৈগু থোই লোকপা ভোৎগ্রমনা"

—উম, কয়ে। কৈগু ভোত্রে। অতাং অদু নোক্লহুনা ইমুং চংরে।

মাবুগী খোরেন তাবদা ভুং ওহোক্তুনা লৈরম্রীবী মুপীছ কনানো হায়হ্না হমা য়েংথোরক্লম্মী। মহাক ওইরবহুদা ইতক ভক্তে। কমদোনা মকম অসিদা লৈরম্রীবনো?

তারবুদা শরুক শিন্দনা মুপীহুনা হায়রকই

—তাদেবেন, ঐদি বার্তনগা পুনা কাওয়মহ্না অবোক-খোয়দা হন্দোক্লয়ে।

—বার্তনবুদি ঐনা পুরকএ, খুমাতোনবু লৈত্রা?

—লৈতে কব্লিগীনো?

—নহুৎ অনি শিদা লৈবহ পুরমোইদি।

—মসুবনি অমাদগী লোথোক্তুনা থম্রবনি। পাবুংনা হৌ-জিবা পিহুনি হায়রবনি।

—ঐখোয়না পুন্নবগ্ন য়ায়নি পূব্রগে

রাজুদি তুমিন্না য়াকা অমত্তা ঙাংদবমখৈ মখোয়না ঙাংনরিবহ্ তাহ্না হোয়বি মাইনি হায়দবমখৈ তিজক তিজক মখোয় দা য়েংহনা লৈরে।

ঙাক্লাসিদা ইমুংলোমদগী মীয়াই চন্নবী তুপী অমা থোরকই মহাক্কী মমা ওইরমান্নে মশক য়াম্না মাঙৈ রাজু উবদা হয়াঙনা কৌরকই—ইবুংঙো! ইবুংঙো ওইরমান্নেনে ঐখোয় সুয়োজিনি থিনজিনবিরম্বদো। ঐখোয়দি থেংনহৌদরে হেক হন্নকপগা অবোক্না তম্মী। মথা ঙানা হায়রকই—ইবুংঙো থেংনরক্কা ওহোক্না কথবে

রাজুদি তুমিন্না লৈরে অচবু শোম্বাংনদি হায়্যি হৌজিকী পাক্কী থৌবশিংস্থ থরা থিং হেনমনরে। মহাক্তি উথোকচন্না তাহ্না লৈরম্মী। অত্তাংহ্ শোকপদগী মখোয় মথুং তাংনা থিংজিনবিরম্মী হায়বত্থুদা মহাক ঐঙোম্বা মীথরেং লৈরকই। বাদি ঙাংবে, মুমদি য়েংলকই।

ঙাইহাক্কী অচিকপহ্ থুম্বাইহ্না থেবেক্না হায়রকই "চৎলসি রাজু, থোকনি"। দমুমহ্ কেরিয়ারদা হাপচিন্নে "চৎলগে" হায়রাম্না লাক্লে। রাজুনা কোম্বোংকৈহ্ থিংজিন থিংজিনা মখোয়গী মথুং লোমদা অমুত্তং য়েংশিল্লুবনু মহাক্তি য়েংহ্না লৈরম্নে। রাজুদে ইকাইখুম্না অমুক য়েংলগা-থৌমনা লাক্লে। চৎনা চৎনা রাজুনা থেবেক্না হংলকই—"হৌজিকী মুমহ্ লৈহৌজিনা স্নুপীমুগী মম্নুদে?"

—মাদি করিগীনো ?

—নহানমুক নখোয়দা লিলা তৌবহন্দা উথিবগুম তৌবা

—ও, মখোকখোয়দা প্লমিং মচা তরক্নি লৈরম্মী।

—নখোয়গা করি থোক্লে

—করিগু থোক্লদে, মখোয়গী মখোকখোয়গা ঐখোয়গদি য়ুমলোমরেদবা।

—মমিংদু করি কৌবগে ?

য়োসনী—।

পুক্নিংদা থনথি, মীংদি কৈজ। করি কলেজদা তম্মী মথা তানা হংথক্লই।

ডি, এমদা তম্মী—, পী, ইউ, ফাষ্ট´ ইয়ারনি।

—আই ! ঐদি নোংমতগু উদেনা !

—উরোই, মাদি আর্ট´সনি। অরাবা মতমদা লাইব্রেরিদা লৈবনি। আউটবুক মপীনি।

—য়ায়া পাঅক্লাং ওইরে।

—পাই, লাইরিকপু অতম কৈ

—হোও হুইবেদি চত্তা ?

—অরাবা মতমদা চৎলে।

—করিগীনো ?

থা পুক্নিংগী মনিপুরী মচাশিংনা হোও হুইখৈ কা রেজো তৌহনা মতম থাংথিনা লেন ফিদেক্নিবদি মরাক্তি ওয়োজা থাওশংলোংনি।

# মরিশুবা মতাং

ইঙা থাদি। বি: এ-গী পরিক্ষা হায়দোকএ হায়রুনা থা-থা নি-মরি। ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বা ইনাং লাংই। পরিক্ষা হায়দোক্লমদাইগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা মীহন চোংবা হায়বশিদি মহৌশানি। পরিক্ষা ওবা কাংবুদি সিনেমা য়েংগনিবু হায়বা য়াও, কোইরুনিবু হায়বা য়াও পুম্নাং লাংই। কেন ওইবা কাংবুদি ওহো ক্লা ওকথনা চংথরে। রাজুনু পরিক্ষাগী result য়েংগে হায়রুনা থজারদা হায়গৎলক্লে। পাস তৌরমগনি হায়বসি মহাক মথানা খঙবে মরমদি অকবা ছাত্রনিনা। নমথেন্দা দেবেন থোংবরে। হয়াওনা রাজুবু উবদা কৌরকই

—'কনি নমদা চংলোরি' নংগী কার্ড তিতিঅদা য়াওরে,

—রাজু পাওছ্ তাবদা হায়রকেং হয়াওবা পোকই। মরি ওটক্লে লৈনজিবা মঙোম্বনু তাহনবিংকই। নোক্লহনা হায়রকই-পাবুংনদি কলকত্তাদা ওম্‌মু হায়রিয়ে।

—কৈবে অদুনু। "হয়েং ডাক্তর বাবুগা ওইনা চাওদি চাওখোহল্লুকো" নক্লহনা হায়রকই।

—চাওথোকলি, মীনা কৌবগা অমতা মুখোইরোই লাওথি লকওইনা তাই দেথেয়া কৌবদি ওকখুমনু খুমরোই কাপী ওইনা থাকুনা হায়রকই।

খিনবিরম্বু হায়রম্লগা দেবেনগা শরত্তকা চংখরে। রাজুদি অপাং-পদা হরিং থাজিনবগুম থোকরে। রোসনীমু হোইনি মাইনি করিমত্তা হায়দে, য়েংস্ল য়েংলক্তে। মুরোদি রাজুদা তিক্ক তিক্ক য়েংহনা লৈ। রাজুন্ হোই মাই করিমত্তা হায়দবমথৈ মখোয়গী মতুং ইমহনা লাক্লে। রাজুদি রাই ইচিন চিনখগুম, হুমাং থৌগুম লাকখুম তৌই। রাদি রায়া তাংনিংই অহক্ তাংখোকপদি পাক তমদরে। মীদি অহম চংলি হায়বব্ চেক লোক লাওনবে। কনা কুইনা রা তাংদনা চংলবা মতুংদা রাজুনা হায়রকই—"মুরো নংদি করি কুলদা তম্মী" হায়গে হায়না হায়বিবদি মতে অহম্ হায়নিংতৌই লৈতদনা হায়রিবনি। ইওং ইমায়বনি হায়রবদি করিম্ লৈতবা অহুদি নত্তবনিনা…………
মুরোনা নোক্লহনা হায়রকই—"ঐবুরো চিংখায়খাগী কুলদা"

রাজু হয়াংহন থৌদংলরে। মথাদি থোইদোক্লা তারবরে। রোসনীমু রা অমত্তা তাংলক্তে, চংকদবা অহুম চংলি। মমুমমু রোশিল্লকলোরে। হারদদি হায়রৌরগে হা হনা লৈতবী থৌনা থাহনা থোথারকলা হায়রকই—'অমুক কুইবসে মলেজবা অমুক্তা উবিরে' লিজং হায়রবা মাই মীং নাগমি শাগৎলকপগুম তৌই, পুকচেল মাংলমতা হাংবতুদি থরে।

রাজুনী থাহনা য়েংবক য়েংলকই, মথাদি তারক্তে।

—উদরে, নোক্লহনা রাজুনা হায়রকই—
'অপোকপ উবিদরে' তৌবতুদি থকক চিনখদিদা তেক্লপ্তদা

থাইহাক্তং লেম্না কাওবা শংদবনিনা ……… ……।

হন্নক্তি য়োসনীঙ্গু নোকখোয়রক্লে, অমা খুমকই—"লেম্না য়াম্বা য়াওখিদা, উদবননি"

—থবকপু য়াম্না চিনখ্রে হায়ব্রিনে?

—কনানা হায়খ্রিবা!

—লেবেম্না।

—কাপী তৌবা ওইখ্রিনি, করিঙ্গু চিংলেদা।

—খোংনবা কাম্না কৌনি কৌন মকো।

—খুমদে নোক্তি নোক্লকই।

—হোইদা ঐখোয়বুনি কদাইদগী তিন্নিংলদগে।

থককম হজিন্না হায়রকই।

—ই! কন্তবা রাকাদি চান্না থগেদা।

—কৌবঙ্গু খুদীয়কত্রনে?

—নখোয়দোনা পুক কত্তবা নত্তবনিনা খুম্নকনি।

—কৌয়ক্তি টৈ হান্না খুমজনগে হায়রবনি ঐখোয়দি কৌ-বিয়কওইদবদা চাইরে।

—কৌদবদি হায়কু।

—তমি মতা তক্লিদা চাইরেদা নখোয়গী উৎবদবা

—কমিন!

—ঐ চংকদৌরে

—ও— তাতম তবা চংকনি হায়বনো! কর্মি সংকনো?

—ইনক মকাইনা কনককাদনি।

মহাকী ইচম চমা ভাংলকপা মতৌ অসিদা ভাংনিংবা কোজাই অমা নৈরবস্থ নৈতোন্দা পয়ে। মহাকী মতৌদা ইকাইবা অমস্থ পোক্লাক্লে অহৃবু অমুক্ত'দি হায়গে থন্দুনা মথা ভাথক্লই কলকত্তা হেক য়ৌবগা নত্তোন্দা এয়েস পীয়কে মরক মরুভস্থ............................. ।

বাক্লিদা মূনথিবনা যুম য়ৌথিবা থং:হৌদে। রাজুগী পাও-থুম পীরবদনা 'চংলংগ' হায়রম্লগা মথোয়'নিমক চংখ্রে। রাজুর সাইকল থৌহনা অত্তোমা লৈম্ফ অময়ুক চংপা ভৌদনা যুম-লোমদা লাক্লে। ওসিগী থুমিৎসি রাজুগী পুক্লিং ইহুংদ সুংডাই-বগুম ত্তৌই। নৈরম্লৌবা পোং থুদিংমক ইকদ ককবোইতা নিংবে, রাজুগী রাথম্রা হায়বহুদি থওদে পোকতৈদগী অওক সুংডাইবা পুক্লিং হয়াওবা জুমিংত্তি য়াওবু য়াওথিজমায়ে থলি। যুম য়ৌবদা পাবুংনা থবর অমা পাইরহনা মাকোলদগী হয়াওনা কৌরকই। ইমাদি হয়াওমনথিহনা মাকোন্দগী চেনবু চেথোরকই। মমাগী মত্তৌহুরা রাজু হয়াওদবদি নত্তে অহবু থংনবতা ভাই-রিবা মী অমবু হন্দোহুনা চংকদৌরি হায়বসিদা সুংডাইকথদি থওদে।

+ × × × × +

অহুক্তৌ পুং তরাথোম ভাবে কলেজকী মার্ক সিট পৌ-থোকউগে হায়রহনা রাজু মত্তোমত্তমক সাইকল থৌহনা লংক্লে মহাক কাসকপগা য়েংগে নিংহনা মথোক্লগী গেটলোমদা হায়কেত্তুং য়েংশিন্নুববু মহাক্লা লাকপগা চপ চাজকয়ে। হাদুই পুং কয়াগী রানমো ?

মীংকী মীংয়েংদা লৈরিবমথৈ পাইরিবা শ্রেনবু য়েংছনা উরক্ত্রবা মতমদা দেবেন্না রাজুগী মপাবুংদা কৈশু থোইদোক্লা পংবা বা-বিক্রনু "চংলসি" হায়ছনা লাকমিন্নরে। দেবেনবু উবদা রাজু মমানা মাঙ্গোলদগী কৌরকই—ইবুংঙো দেবেন, রাজু লৈত্রবন্থ নহাক মরক মরক্তা লাকউংকো। নহাক লাক্লগা ইমাগী থবাই থরা মুংঙাই।

থোইদোক্লা পংবা বাবিক্রনু ইমা, ঐহাক ইডং তত্তনা লাকচগনি। রাজুন্থ হেক য়েৌবগা চিঠী পীরকনি। মচাপীদমক্তা বাবশি মমা ওইবশিংনা থিং মংহল্লি। মথগুকা পোকপনিনা রঙ্গ-নীদি থোইদোক হেম্বোক্লা বাজৈ। দেবেন্না রাজু মমাবু থেম-জিনবিরম্লগা "চংলগে" হায়রুনা লাক্লে।

রাজুদি পংনা লম-তুগ চত্তবনিনা কলকত্তা য়েৌবদা ইথক থগংলি। অত্থবু লাইবক কবদগী শরত থেংনরে। শরত্তন্থ কলকত্তাদা এল: এল: বি: তমলিবনি। রাজুদি শরতনা ক্লাস অমা হেন্নকই অত্থবু তিনদি তিন্নরকই। মমামবা মথোয় অনি শুরবনিনা থরদি শাকৈ মুংঙাইবা অমন্থ পোকই অত্থগীন্থ মথক্তা শরতডি চহি অমা তম্লরবনিনা -রাজুদগী থওবা হেল্লে। শরতকা মথোয় অনি হোষ্টেল থংননা লৈলিন্নরে। নো ঙাক্লগা কলকত্তা প্রেসিদেনসি কলেজদা অশোাই অচাম য়াওনা মীং চল্লে।

মী পুম্নমক তুম হিপথবগদি রাজুগী লোংনা থমথবা থাথল মকা কোংলক্লে। নিংশিংলক্লে মথং মথং। চংলমদাইদা দেবেন্দা হায়রম্নহু নত্তনা মশিগী রা অমত্তা দেবেন্দা হোৌদোকখিরে।

ঐগী বাছ্ তারগা দেবেন শুক্রপ্পা রাই। মঙোম্নবু চিঠী অমত্তং থাখিসিন্না ? দেবেম্না য়েৌহন্ত্রবদি, হুং শোইদনা য়েৌহনগনি। অদুদা............ য়োসনীনা লো য়াক্সবদি......... । মহাক্না ইচম চম্না খল্লম্নবদি। মঙোন্দগী ঐনা মুংশিবগী ঈঙ্গিৎ অমত্তা কং-খিদে অদুবু ঐগী বাঙাং থুদিংমক খোইজংনদি মত্তাবী। করে অমবু ওইরে অমবু ওইরে অমত্তুংদি থাগ্নগে। চৎলমদাইদদি থায়কউ হায়রকই। বাখল হায়বসিমক্তবু খনববু হৌগ্নবদি পং খন্দা খনি, লোইবা ইনাই নাইদে। কয়ারক হন্না খন্নবা মতুং-দা চিঠী অমত্তুংদি ইরগে লেপ্লে। করি হায়না ইগদগে, করি হায়না বাহৌশিগে খনবমক্তদা কনা কুইনা চংলে। কয়ারক ককথোক ককশিন তৌরবা মতুংদা সিমত্তুংদি ইরে।

রোসনি,

হায়নখিবগী মতুংইন্না চিঠি সিমত্তং থাঙবা গুমবগী শক্তি লৈজন্নিবনি, নত্রবদি গুমলমদবস্থ য়াই। শাওনিংবা কোন্দাই লৈন্নবস্থ ভাকপীগনি নিংজৈ। মুংশিবিদবগীদমক ময়াম লৈত্রবা চেজেৎ সিদদি দন্দি পীবিগনু। পীবিনিংবা লৈন্নবস্থ ঐহাক ইশামক্না চিংনবা লৈতনা ময়ামগী মতিক চাবা দন্দি অদু লৌজগনি। অদুবু রোসি, বা অমত্তা নহাক্নী মকমদা হংগে নিংবা কুইরবনি, য়াবিনি য়াবিরোই হায়বদুদি মীগী পুকচেল খঙনবনা হায়রুমজত্রে অদুবু কংলয়োই খঙলবা পাক চাওরবা লৈকোলগী লৈয়াংজুতদি খন্মাইনা খোইদাক্ররে, লৈজবা পুবা

মাগীনি থারুয়ে, থোংদাফম কংগনি হায়বত্তুদি থাজদরে মরমদি লৈরাং অদো অতাংবনি, হেকচমদবনি। ঐগী পুক্রিংদা কয়ারক হয়া থারবা মতুংদা বাহৈ সিমত্তংদি। নংগী পুন্সিগী ফুংঙাইবা উরগা ঐহাক পেরগে। নহাক্কী পুন্সিনা ফুংঙাইবা উরগা ঐ হয়াওজগে। মতম থুদিংমক্তা নংগী পুন্সি য়েক্ক তিঙথং লৈতবা ওইসহ্ন — ॥

রাজু সিংহ।

চিঠী ইবা লোইরে। হয়া হয়া পারে। দেবেন্দগী চিঠী অমা ইরে, রোসনীদা পীবিনবগী হায়রে। এনভেলবত্তা হাপ্লিরে, হয়েং নোং হেক ঙানবগা থাদরগে লেপ্লে। পুক্রিংদা চিংনবা অমদি পোকই, অত্তুক থুনা করিগী পীরক্রিবনো, হনলক্তদনা থোক্রগত্রা অরেবদা পাদনা 'মাংহনবিগ্রগত্রা? অত্তুর থোই-দোকপা কাহেম্বা য়াওদেদনা। ফরে, হনবু হলক্রবগী হনবু হন-লক্ত্রবগী ঐগী পুক্রিংনদি পীরগে লেপ্লে। কনা থেংজিলক্লে, থোক্লবা অমা লাক্লনি থন্দুনা ভুম্লে।

# মঙাগুব মতাং

ঙসিবু করি হুমিংনোনে?
য়ুমশকৈশ ইমানা থুম্লকই।
ঙসিবু য়ুমশকৈশয়নে? অহুদি! কম্মাই তৌনি,
ঙসিদি Function অমা নৈ, চত্তবা য়াদবনি।

পুংসু তম্না হেন্নে, মাপলবা তৌগনবনি। ইপা পাখংনা কদি অমা পাইরম্বনা পুক্সিরোমদা লাক্লে। কোম্বোংগী হাংদোকখিবগী খোঙেল তাই হায়রম্বনা হন্না য়েংখোক্লুবদা ইচেম্ফুংগুক হুংজায়না চংলকপা উরে। মশাসু নায়া লাকে,— মথমছু হাংপু হাংলক্লুবয়া করিনো খঙদে ইকা কাই। মমাই মমিংসু ঙাংলং ঙাংই. মথবাই য়াম্না দুংঙাইতবা মাল্লি, মচিন্দুসু পোমশাওনবদৌনা তৌই। খোঙথাংজু কুপথাং কুপথাং পাংলম্বনা ইমুংলোমদা প্রপ প্রপ চংগ্রে। ইচেগী মতৌহদা পুক্কিংদা চিংনবা অমা পোকই 'করি খোক্লবগে, খংন চৈনবগা য়াওবয়া? নহানথে লাকপগা ইমান মান্নদে" পুক্কিংদা মঙল মঙল থল্লি। চিংন চিংন না খোঙ থুং হাযদোক্লগা ইমুং চংউবদা ইচেদি ঙা লাম অমতা ঙাংদবমথে কমুংদা চংগ্রে। য়োসনীনা হংলুই—"করি তৌরগে ইচে, খংন চৈনবগা য়াওব্রো? ইমাম্না হৌজিক্তা কৈথেন খোকথি। তুমিন্না নৈ. করিমত্তা থুম্লক্তে। অমুকসু হংলুই—'কৈদৌরগে'

হন্দক্তি মমাইহ্ হায়গৎলক্নবা য়োসনীদা মুন্না য়েংলগা মমিত্তা ইন্না চেনক্লে।

য়াম্না নুংঙাইতনা রে সীনা অমুকম্ হংলুই–

"খৎনরকপন্না ইচে"

—খৎনয়ক্তে।

—খৎনরক্তে হায়বা!

অহূদি কৈদৌয়বা নুংগুক নুংক্লানরিবদি।

—নত্তৈইবুংঙোদো নুপী অমা................

—হাইমা! নুপী অমা পুশিলক্লবয়ো?

—পুশিলক্লে। মথৎাই নুংঙাইতনা হায়রকই—"পুরকএ" ওয়াং নুংদাং'।

—পুশিলক্লবা! অশাংবা খর মপী অমা হোল্লগা হায়থিরম্মী ইচেদি নহানমথৈ খঙদবা!

—খঙই।

—খঙলগা হায়ত্রিবা করিগীনো? শাওরংননা হায়রকই

—খঙবা কুইদরি, হন্দক্তা খঙবনি ঐদি।

—ইচেবুদি চৎলো হায়না তাম্বোকপীরক্লব, ?

—তাম্বোক্তে চৎকনু য়াম্না খাম্মী।

—কনানা?

—অবোক্লা

—অহূদি নৈবা তাম্নিনে?

—অহূবা.... ........... মাইথোং মকশিন্না হায়রকই।

—কৈদৌরবা।

—লৈবদা য়াম্না সুংঙাইরোই

—করিগী? ঙক্না হংখিরম্মী।

—সুপীহুং কাইদা অমনি, মীৎয়েং অমা তৌই।

হন্দক্তি রোসনীহু করি নিংশিংলক্লবনো থঙদে হৌনা নোক-খোক্লুরে। হন্না য়েংখৎলুবদা ইচেদি ঙক্না শংত্রিক য়েংহনা লৈ-রম্লে। হায়কেং ইকাইক্লই। নোক্লীংবহু কাজিন্নগা হায়খি—

'লাইরিক তমত্রা ইচে'

তম্মী, বিঃ এঃ পাস ওইরনাম্লে। শোম্নাংননা হায়রকই-

'থবকম্নু তৌমাম্লে'।

—করি থবক!

—কেরানিয়া করিনো?

—থবকশু তৌবা! লৈশাবী, অতোপ্পী ওইগে লাকইবা করি রাখলনো।

ঙাইহাক্তি ইচেগা ব্রারি শারিরৈঙদা চৎকদবা থবকনু অম-তা চৎহৌদরে! রা মথা অমুক তারগা তৌদনা চাকশংলোমদা চাক থোংবা চংলে। ইমাগা ইচেগদি বারি শাহৌরি। ঙাই-হাক্তং লৈরগা ইচেহ চাকশংদা অমুক চংলক্লে। য়াম্না সুংঙাই-তবগী মওংনি। হৈনিংদনা কৌরকই "রোসনী কমদৌসিগে"

—লৈবা সুংঙাইত্রগদি ইচে, হেক্তা লাকউ।

—অহৃদা...............

—কৈদৌরবা! নিঙোলনা মশামদা লৈবসি শামদে সিনিনে।

হায়দোক্পগা ইত্তোমত্তা থনখি—ত্তোববুদি মীগী মীৎয়েংদা কক্ত-দখনি, যৌ হল্লকপী হায়বা মীংথোলসি কনানবুদি পাম্নবগেদো। মীগী মীনোক ইথিল চংলকই, মসিগীদমক.........

অসিদসু মত্তনা মরাল থিবা হৈবা মীওইবনা কৈদোইত্তদসু অত্তানবদগী থিদে, অমত্বা মরুক্তগীনা হেন্না হৈননা থি। পূক্রিংদা মওল মওল থল্লবা মতুংদা য়োসনীনা হায়রকই—ইচে, ঙসি ১০/২০ মুক্তি অচুক য়েংথো। অচুনা য়াম্না পুংভাইত্রবদি ঐংথায় লৌবা লাক্তে। অচুক য়াম্না থম্মোই শোনবা হৌনদে। ত্তংশং-নমকসু ইচেদি মতৌলাদগী হৌনা মপী নৌগল্লি বা অমত্তা হায়বা য়াদে কমনা হেক্তা হান্নি। ঐগী বাঙাংচদসু মুম্নদি ত্তাই হায়বনু ঊম্না চেনগে ত্তোয়কই। ইমানদি চৎল্লগু লৈয়ো হায়বনি। কন্নি লৈগে হায়হ্না ঐগা ত্তাম্নবা লাকপনি ইচেগা ঐগদি অত্তাং ওইরিত্তৈগী হৌনা য়াম্না লোনদিম্নরকই। মহৌশাগুম কোইদনা যা পুমমক হায়দোকইবনি। মচেগী মত্তোহ ঊম্নগা য়োসনীনা হায়রকই—হূপীসিবু মী নঃথবয়নে? হুপিসু হুপী, হুপামু পুপা, মীগী মী অম্নাই অমক্তা। হুপীশিংসিবু হুপাগী শাম্নপোংলবে? ঐথোয়সিবু হৎনা শাবা লাইথিয়নে পুনিংবা মাইকৈদা পুবা য়াবা। হৌজিক্তি ঈচে, থাইনগী চাকথুমদত্তা হুন্দুনা লৈগদবনি মপান থোকপা য়াদে হায়বগী হুগত্থু নত্রবনি। অহুগা হুংশিনজবনি হায়হ্না পোৎশেন বাহু ত্তোবা পুকচেল শীকপগী থুদগী। হুপী থিনিদি থত্তলগা য়োকনি থাকনিদি থত্তদবা অমুকসু হুপী থিজিন্নকইবা অসিবু হুপাগী কয়বা বাথলনো? য়েক্তাং ঢাওল্লে ত্তেজোৎনা

থগুদে। হায়কেংগুং থগাটৈ। করিগুম্বা হন্দ্রবদি মথাক শোই-
দনা শাওগনি, ঐহাকপুসু তমৈথ লৈতনা বারোগনি। হায়-
নথিবগী মতুং ইগ্না অমত্তংদি হন্দবা য়াদে নিংলহ্না খুদক্তা চে
কলম পুথোক্নুনা ইরে।

রাজু,

অদোমগী মীং কৌই হায়দুনা বারোবিরোই নিংঙৈ।
মতম চানা চিঠি কংজরে। কংবগা খুদক্তা ইত্রিবসিনি। হেক
য়োথিবগা মীং চন্নে তাবদা হরাওজে। পরিক্ষা খুদিংদা মঙ্গল
ওইনবা হোৎনবিনু। ইথোদা পুক্নিং চংবা হায়বসিনা থাইদগী
অপোইবনি নিংঙৈ। অদোমগী বাকমদা ঐনা কৈদৌঙৈদনু
অরেংবা অথিংবদি পীথিক্রিমাগ্রে হাবনা থৈ। অতুগা থাজবা
অমনা থাজবগী পাক্সল অদুনু মাংহনবা ঐগী পাম্জবনি। থেক্রা
খোইনা চেন্নিবা তুরেলগী ঈচেম্বা তাওথবক্রিবা কৌথিং অহনা
করম্বা ইচেম্বা তিনথিগনি হায়বত্তুদি ঐহাক হায়জবা হনদে
অদুবু মমল নাইত্রবা পুক্নিং ইয়োম্না লুপথিবদি পাম্নুজে।

নহাকী —

রোমনী।

চিঠি ইবা লোইরে। পীক্রা খুগচিন্নবা লাইরিক মথুংদা
হাপচিরে। কনুদা তাইহাতুং ফিপথনে হেক তৌবদা Henry
Ebsen গী "A doll's house" থোন মথাদা লৈরবগুমা চুমীং

বগা চংখিরে। পাবু পাখিগে নিংলহনা কয়ুংদা উপ্রাক্লা উগ্র হুনা লাইরিক্ পাহনা লৈরে। লাইরিক অসি পাক্লগা চাও-খথলে হায়না লৈকরিবা ইউরোপকী গুণশী কৌক্ষ খঙবা ওযৌ। মসিনা হুবহুনা লৈরিবা ইউরোপকী থোংজিন খুদিংমক্তা women emancipation শী মক হনখি। খল্লিকৈমক্তদা থোং গে লাও-না হাংদোয়কই। খংপ্রেক খংনা হয়া য়েংথোকখিবদা মেমচা নোক্লহনা কা মগুংদা চংলকইবগু উরে। কৌয়কপা য়াত্তো ইথং হেক খংই। য়োসমীনা নোক্লহনা হায়রকই।

খংদদি, কয়িন্নু কায়দবা Out book হুদা অহুক থৱাই লুপ্তা পায়বুদি। অহুদা পারিবা অহুগুম্না text .book হুগা পায়বদি বা: কাইডা ভানিহে,

ভগ্নীবা লাইরিকনা পুন্সিবু মপুং কাহদা ভুমদবনি মসিনা লখেন অমবক্তনক ভাকপনি। পুন্সিবু মুনা মশক খঙগে হায়-রবদি য়ামা খঙবা ভাই, নৈনবা ভাই, পাশিনবা ভাই, পাং-থোকপা ভাই। মহুক্তদা মপুং কাবা পুন্সি অমা ওইগদবনি। Junius না হায়রম্মী—The integrity of men is to be measured by their conduct, not by their profession। নহাকপু য়ানিংঙ্গ্রে? Out book পাবগীদু কায়বা লৈবরিবে, য়োমনীনা নোক্লহনা হায়রকই।

—অহুবুদি চুপে। নংনা পামনবহনা চুম্না লক্লবনিদা

—লক্লে খঙনা ঐহ হায়রিনে, নোক্লহনা হায়রকই।

—হেনক্তি য়োসমী পরিকা লকবনি—অহুবু লাইরিক্তি

পাবা ইস্না য়াদে। করিগীনো সিবু? মেমচানা মরক থংবা পরিক্ষাগী বা হৌদোরকই। বাগী ওইনা রোসোনা হায়রকই—"বাখলদো খোইরম্মনিয়ে"

—অখোইবা বাখলদি অমত্তবু থম্দেদা।

—ওম্বোক ওম্বোকপা নংসিনা হেক ঙাংখোরকপদি।

—থাজদে, কোক্তা শম হৌবা মী লাইক্লনু— হায়বা পাওরো লৈবনিকো। ভাদেবেন্দ্ ঙরাং থেংনরম্মী, নংগী বা য়াম্না হায়রম্মী।

—খাই লাওই, শকফম থংহন হল্লিনি।

নোকশিন্নরক্তনা হায়রকই—"করি বাবু হায়রিবা।"

—হায়দোক্লিংঅবস্তু, ভাকখোক্লিংঅবস্তু কৈ কৈদোগে। হন্দক্লি মেমচাস্থ নোককেংনরক্লনা হায়রকই—"নংদিনা, থঙোইদবোই নিংবরো" মখোয় অনিমক য়েংনক্তনা নোকমীন্নরে।

—হায়স্ত্র হায়বনি রোসনী, নং শুংশিবগীদমক শিবা ঙমগত্রা?

—ঙম্মোই। খোইবীহোইগী যুগতু ওইরম্লবদি—ঙমলবস্থ য়াই। মতম অক্তুদদি শুমিৎ খুদিংগী পরিক্রাৎ মনম তাহনা পুন্সি লেলবস্থ য়াবনি। শুংশিবগীদমক শিগদোবগী শরুকপুদি ইরৈ থাকোদমক শিজগে। মাঙখবা শুংশিবা অমগীদমক পুন্সি মাঙহনগদবগী মহক্তা মরাবগী কান্নবা থজিকং তৌরবনা হেন্না মহৈ য়ানবনি। ঐগী মতৌদি

—রোসোগী বাহু তারগা ঙক্না য়েংলকই। থঙই মেমচাস্থ কৈদোঔভেস্থ রোসিনা হায়খিবা বা হোংলোই। লনাইগী য়াক্লিসি

থোক্লসি। ভাইহাক তুমিন লৈরুরগা যেমচানা হায়রকই—"নং পাও অমা তায়রা"

—তাদে! করি পাওনো? কনাগীনো?

—হেয়া—ঐখোয় মখাংগী লডামনিহোয়গী।

—মখোয়গী কৈদোয়রবগে?

—মখোয় মমাদো মু য়োনবগী কাপ্রে

—মখোয় মমাবো! ইচক ভক্রা থর শাংনা হোন্দুনা রো সীনা হায়রকই—মখোয়' মমানা ইমুংদা মু য়োন্দুনা সমাজগী অমোংপা তৌরিবহুবু মচাগুপীহুনা থিংবা য়াদে হায়রো?

—কমাই তৌনি, চানিংভাই লৈতদনা তৌরিনিদনা করি থবকপুদি তৌনি?

—মু য়োত্রবদি থবক তৌকম লেল থোকক্রম লৈত্রবরনে? লপোন ইতিক তৌহুনা কীশা লোনশা তৌবমু য়াইদনা।

—লপোন ইতিক তৌবা, কিশা লোনশা তৌবসিবু লৈশা রাওদনা হেক্তা তৌবা য়াদবনে? অহংবীশু মৎক্তা হৌজিক থাইনশীহ্ মরে, কী শাবমু ইনিং শিৎত্রে অয়াম্বনা হৌজিক হুকানগী কী শীকিম্বরে। খাইদগী মরুওইবা অমনা ভদবপু চাত্রবা লৈশা পুবা থডদবনি।

যেমচাগী হাহ্ তায়গা য়োমনীবা হায়রকই—কী শিঙে হায়বদি য়াদে মরমদি ঐখোয়না অযুক মুংদাং শিজিন্নরিবা কনেক, কী, পুদৈনা চিংথশিং অসিদি শেত্তবা য়াদে অসিদমু—নত্তে মহুশ মতা য়ায়া দৈ।

—হোয়, অহবুদি চুমই। অহৃদা রোসনী-পৈশা লৈত্রবদি থবকসিংমু তৌকম থঙদে।

—অহনবু পৈশা লাক্লবা পাউ থিগদৌরিবনি। অহুগা লেলোনবগী থবক্তি—য়ানবা অমগী মথাদা মহাজনশীনি থঙদে— অমদগীনি থঙদে পুরগা শিক্তিনবা য়াই। মসিগী মতাংদা থাই-দগী মরুওইবা অমদি থাক্লবা থ্যনি। থাক্লবসি য়াম্নমখৈ মাঙ-দনবা হোৎনগদবনি নত্রবদি খুদোং থিবিংঙাইগী মশক্তি হায়বা য়াই। যু য়োন্দুনা সনাক্তগী অমোংপা থবক তৌগদবগী শরুক-পুদি অশুন্না তৌবনা হেন্না কৈ।

—য়াম্না কৈ, ওয়দবগী বাদনি। অহবু রোসী—নংগী বাদা ঐহাক য়ানিংদবা অমদি লৈয়ে। লাইরবী মুপী অমনা অভোন্না পৈশা পাইবা মহাজন অমদগী পৈশা পুশে হায়বদা কনানমু পীনিংঙোই মরমদি মহাক্তী আই লৈত্তে, শিংবা ওমলোই নিংহ্না।

অহুগা যু য়োনবগী মতাংসিমু পেন্দবা অমা লৈ, মরমদি ঐখে য়নী মুপী মুপাশিংনা যু য়োনবদি থিংলগা মীয়ৈবাক্তগী থা ক্লকপশিং অহুবুদি থিংবা ওমত্রি। মসিনা করবা কারবা পুরকদৌরিবনো?

নহাক্না হায়রিবসিংমু চুমই। মনিপুরী মচাশিংনা মীভোন্দগী পৈশা পুরগা শিংনিংদবা য়াম্না য়াওই অদুগা লাইদি লাইরবগী থবক ওনিংদবমু কোম্লাই অমনি। পৈশা পুরকপা চাখোক্লুনা, পৈশা মৎপা মীওই লৈতবা নত্তে। অদুবু মেমচা ঐগী বাদি থাক্লবা অমনা থাক্লবা অমগী শক্তি অহবু মাওংগনা থবা ওয়বা

মতাংগুম মাগী মুপীদা পংফুদা ফু চৈরা কাও ঐদি মনাইচুপীনি, ভোলবীনি তাঃজবীনি হায়দুনা উনা উনা কানবা তারিব্রা ? চৈনাহু থাঙনা থাঙনা হিংবা তারিবরা ? মুপী ওইনা পোকলকইসিবু মরম চাই চাগে থডবনা মুপাগী মীনাই ওইনবা, ফুমব পোক্লকইরা ?

—ঐদি মুপীশিংসিগী মরমদা পেন্দবা য়ায়া দৈ। মুপাবু কা হেন্না support তৌরুবগী বাদি নত্তবা। হায়দু হায়নরিবনি অহনশিংবা—

মুপাদি তরাগী মপুনি অহুগা মুপীগীদি অমুক্তমক। হেন্নুরবদু সমাজগী মীনোক থীচৈ। মশিঙবদু মুপীগী মতুন হুহুহল্লি হায়বা য়াই। মসি হায় হায়দুনা মুপীনা মুপা লোমগে হায়বগী থাকমদি নত্তে। সমাজনা মুপীশিংগী মফমদা য়েংবিরিবা মীৎয়েং অহুবুনি। মতাং অসিদা মুপীগা মুপাগগী মরক্তা থোরবা পরিং অমনা—

"মুপানা কোমশেংনি মুপীনা পুশিন্নকপমদি" হায়না হাকম অমা। মরম অহুনা মুপীনা থমদি চেকশিনবা তাই। চেকশিনহৌদবা থহুহৌদবা মীকুপ্তা পোক্লকইবনি মুলোং থিনিং-তাইগী মশক ওইবা লৈশাবীশিংগী মফমদা abortion হায়বনি।

—সে, মবোয়গী থারি শাক্লহুনা কায়পোং নত্তে, থাংবতনমু, ওইবা য়ারোই। পেন্দবগী পেন্দবা তাকনি। কল্লাং থকিনা ক্রিং ক্রিং বিংলকপদা থঙপ্রেক থঙই। হয়া য়েংথংমুবদা পুং মরি তারক্লে। ইদিং ফিংনা থেমচায়া হায়রকই—"ইংথোয় অনি-না থারি পাবা হৌজবদি লোইথবাজাং নত্তে" ইকাও কাওই য়াবা থেংলে চৎলগে।

থোমনীমু থেমচাবু কোয়োং কাওবা পিমুবগা য়ারে।

# অরেংশুবা মতাং

সুক্কি, নোং থিংদি থিংদি জারি। হাংগদোবা মত্তৌ মাগী অহুবু ইথও থজহৌদনা অভিয়াদা লৈরম্বা অমুবা নোংক্ষমশিংহ্ খুংশিংনা হমথমারে ইশেং শেংলে, সুংশা শাদোক্লে। নোং কয়া চুখিবহনা ওইরমারে, সুংশাগী শারকপা অহুদদি পুমকং কংলে। ইচেহোইদা চত্তবা কুইরে থাঙহাক্তা চংলুগে নিংলচুনা মাইকল ইংখোয়ুপা লাক্লে। ইমানা হাইহৌই "পংথেং থোংলকনু"। হৌইনি মাইনি কল্লিমত্তা খুম্বা তৌদনা লাক্লে। ইচে নুংহোংথিবা চহি অনি-অহুমোদি তগে অহুবু ইমাদি পংনা চত্ত। তৌবদুদি ইমাগি মথা থমা কত্ত, থিঙং চংশগা কোক থাওইগা, খোঙ শোমইগা হেক্তা তৌই অহুনবু অয়াম্বা চত্তখি। নুংহোংথবা মচুং কনা খুইরকাওবা অঙাং অমত্তা শোক্তে। চহি অমুয়োম হেক্তা লৈরবা মচুংদা সিংহজিং শোকখিবনি। হৌজিক্তি সিংহজিং কনা চাওরে। চংশা খোংশা ওয়ে। মাথক থমা থম্না লাকপনা ইচেহোইগী মচুং য়োখিবা থজহৌদে। খোক্তি মখোজদা ইচেদি অঙাং ইকবিরম্বা। হংশাগী মঙাগা মথাইদা রৈবনমা ইবুং লংই অহুবু চংশিল্লুরগদি থজলে কম্বু য়মারে। য়োমনীবু উবদা হয়াওবা উত্তুনা কৌরকই—'কৈদৌরে হনক মমক্কি ইয়াক লাক্কয়েনা? পুক্কিং-থদি থারি—মরা কনু ঐখোয়দা লাকখগী মরম কম্বিনো? থজবত্তনি চিংলদি হায়রোকউবা নত্তে। অঙাং ইকবিবা খোইরমা চুখ-

মাংথ ইমুংদা চংখিররক্রে। থোংজিল হেক কানশিনবগা থোক্লেন অমা তাই হায়রছনা পঁদাগ্ন মরুমদা য়েংশিল্লু ববু চুপী অতোবীদুগা ইতৈ'ঙোগা য়াম্না হরাওনা নোক খেরছনা কপ্পিরছনা বাবি শারষদু উরুরে। হায়দি কমুং মমাংদা শাংনা থল্লিবা পঁদাগ্ন অছু থরনদবদি অতোপী লাকহৈদগীনি। বাবিদা মুনথিবনা য়োসনীনা য়েংবসি মথোয়দি উবে। মচে বিজয়াগী কমুংদি চাকশংগী কাদা থাজিন্দুনা লৈরক্রে। ভগাছুমু ইমন মমই। মথোয়দি য়োসনী লাকই হায়বা খঙলে। ইমুংসিগী থোংলম্রীবা কৌভম ময়ামসি উরুবদা মচেগী কমুংদা কয়া কয়া য়োসনীগী মীংল্লুদা পী মরিক অমা'নিদি তাখিমারে।

"ইচে, থবক ইঙ্গাং থরা লোইশিনবিয়ু। চসিদি থবক চংনবদবা অমা লৈ"। মপান্দগী চুপীছনা থোল্লু থরা কপ্প হায়-রকপছনা ওইবা তাই য়াম্না য়'রা লাওনা ঙ্গাই। মতম অছুদা য়োসনী মচিন-মনাওদি কমুংদা কমমিরছনা বাবি শারি। অকোনবা চাংলকপা চুপীচুপী থোক্লেনছুনগী য়োসনীনা অশেংনমক থঙলে, চাংলক্লীবদু অতোপীংনি, য়াম্না উশিং থওইদনা মনাও চুপীচুপী মমাংমক্তনা চাংলকপছু তারগা বিজয়া থজিত্তং ইকাইখিমারে, মমাই লুকথখি। মীনা লাকচবা হাদবা, মীগী চি । অমং অরংনবা পুবা অদুগুবা মীওই নত্তে য়াম্না মীঙমদবীনি। মতোমতগী অবাবা কনাদগী কোংবোঙনা মতোমতা থাঙকবিবি। য়োসনীগদি য়াম্না খিবা থেতৈ। য়োসনীদি মীনা লাকচবা হাবে। মীনা পুবাক্লা থারক্লবদি ঐনা অনিরক থাজিনশনবি হায়বা মীওইছুনি। অদুগা

অহুবশীদমক্তি শিবা নাবা কিদনা চোংথোকদবনি হায়বসি মহাকী বাখলনি।

অসিগুবা অতোপাগী অয়াকপা থোন অহু য়োসনীগী থম্মোইদমু পান্নরে কয়া থাঙবা ঙনগনি। মচেম্বু বা অমত্তা ডাংলগা তৌদনা কা অহুদগী মপান থোকখ্রে। য়োসনা মতোমতমক কয়ূং অহুদা কয়ী। সিংহজিং পোক্লবা মতুংদা নোংমা মচেনা হায়খিবহু নিংশিংলকই। ইকুই কুইখিত্রি।

"য়োসী, হপক মরকসিদি নইত্তে'ঙোসি মওং অমা তৌই। য়ায়া থেংনা থেংনহ্ন হজ্রিলকই" য়োসী হায়বা মীংসি মচে বিজয়ানা কৌখিবনি। য়োসনৌদগী তেনশিন্দুনা "য়োসী" কৌখিবনি। অয়াখনমু য়োসী হায়রগা অহুম থঙনৈ। মচিন মনাও মখোয় অনিদি য়ায়া প্লংশিনৈ। থবক অমা তৌরমদাইদা মখোয় অনি ভাথোক-ভাকশিন তৌই। অহুনা মচে বিজয়ানা অথাকপা নৈতনা মনাওদা য়ারি শাখিবনি।

মচেগী বা তায়গা য়োসীনা ইচম চয়া হায়রকই— "ঙমা হজিনকউ হায়মুদনা"

—"হায়রুবগা হেক্তা শাওরকই। নথৌ নৈত্রা? কুশিনি। চং-নিংলগা চংকনি চংনিংত্রগা তোকনি. নংবু য়ারকপীবু হায়দে"। অসিনি মানা খুম্বিবা।

—নহান'থৈমু অহুঙাইনা তৌরেরা? খুগদি থক্কেকো?

—তৌদে, হপক মরকসিদনি। হায়দ হায়জিনুগা কুপে তৌরকই মমিং মমা অনৈবথৈ শংলোকুনা। খুদি থক্কবা থজি।

—মুপীগদি কোইরা ইচে ?
—কোইদমায়ে, মতৌদি মান্নে অচুবু থঙদে।
—অচুদি..............., অশাংবা খর মপী অমা হোয়রগা য়োসনী মচেবু য়েংখৎলকই।

নোংমা মুমিনাং অমা য়াম্না থেংনা হজিল্লকই। বিজয়া ডুমদরি। মপুয়োইবা ভাইবা ওইনা কমুং ময়াইদা কনহুনা হিক মাবোই করিওই তৌহনা নৈরিইডদা খোঙ হাংদোকখিবগী মখোল ভাই হায়রগা হন্না য়েংখোকল্লুবদা মহাক (বিজয়াগী মপুয়োইবা) চংলকই। বিজয়ানা হংলুই—"কদাই চৎপীরুবগে অমুক থেংনা হনবীরকইসিবু" পুক্নিংদদি য়াম্না শাওনিংবা পোকখি অচুবু খো-জেলদি তপ্না হায়খিবনি।
—থেংনা হজিল্লরগা নঙোন্না করি মাংবগে ?
—ঙম্না হজিলবিরকউ, ঐহাক মুংঙাইহৌদে।
—মাগী বাঙাংহুনা উখিত্তবগী মীনোক অমদি করেম্নবগী বাঙাংগা লোইননা কাক কাক লাওনা নোক্লহুনা—"মুংঙাইত্তে হায়বা! কদাইদগী মুংঙাইনি। হৌজিক্তি লাইরিক হৈবগা, লাইরিক হৈবীগা, তনব চাবগা তনব চাবীগা.................

মপুয়োইবগী বাঙাং লোইকৎত্রিডদা বিজয়ানা খোল কক্না হায়রকই—"ঐ মুহোংহুনা লৌত্রিডগী মমাংদা বাখল অহু থনবি-হৌবদি কৈদৌই, হৌজিক্তা নোনা পোকখোক্লকইসিবু"
—নংবু শামহুনা লৌবগী বা নত্তে, ইমাহোইগী মমাই য়েংহুনা লৌবনি।

চুমজননৈ হৎনরিবসিবু ইকাইবগা করিমতা থজবরা ? মুগী অহলনা কৈরকপদনী, থাংলকপদগী চুমিন লৈনরে।

চুমিং অহুগী অহিং অহু মীং কনা অমা কাওবা উইশিননা শুকতুম চুমমনা লোংডানবি।

চুমিং অহুদগী হৌরে মুংডাইকম থডনকবসি। মহোশাগুম মুনা চামা তৌখিরে। মপূক্তী হেক তাবা মচা কাওবা পম-লিংদবগুম তৌরে। করি মরমগীনো থডদে উরমা অতুক থুনা পুকচেল হোংখিবসি মরম খিবা থডদে অহুবু পুক্কিংদবি চিংনৈ দুগী কোইবা লাংলনে ?

পুন্সি অসি মমা ওটরকনি হায়বসি মংদা কাওবা মংলুদে অহুবু ঙসিদি কয়াদা ওমতৈনরবা !

মথাই মামা শোক্না মচে বিজয়ানা রোগীগী কমুংদা কমছুনা মথিত্তা মপি তাবনৈখ তমখিবনি।

মচেগী পাওসি তাবদা রোগনী হায়কম থডদনা মুংডাইতবা পোকই। মচেদমক খনুবদা কণ্ডবদি ঙমদে অহুবু মচেগী অপংবা মতৌ থরদা থাগৌদবদি ঙমদে।

বিজয়াগী দুহোংলবা মতুং থরা লৈরগা মনেমবোক লৈথি-দবনি সিংহজিং পোত্নবা মতুংদা উরমা মুগী অতোপী পুখি-রকপনি। মখো থিরবা মচাবু কৈদৌনুংদা মুগী লৈরবা মুপানা তারকপা তবা হৌমদে। মনিং মবা তথা উরমা মুগী অতোয়া অমা পুখিলকনা বিজয়াবু হনা য়েংখিদে। বিজয়াগী মমানা কনা মামা মচাবু মহুলনা পাকবা হায়খি অহুবু মাখিদে।

ঙসিদি তুপ্রঙংগী চুপী অমথক পুশিলক্লগা পুন্সি অসিদা অমা নৈথু থুম্নখিবা। কয়াদ ঙকপ্রবা............! চুমিৎ অসি খোক্লিকো খোম্লানমিচাকনু ঙাক্লিকো।

"য়োসী, চাসি থকউসে" খঙপ্রেক থংনা য়েংখৎখিবদা মচেদি ইঙক ঙক্লা য়েংহনা লৈরম্লে। মথা তানা হায়রকই—"কৈদোরে, ইংগ্লনি থক্লোমে চাহু অমুক্তং চিংলগা য়োসী মপান্দা খোক্লম্লে। মতমচদা অত্তোম্বীহৃদি মপানগী মঙ্গোলদা মকি মরোল শেৎলহনা লৈরম্মী। "কদোমদা লেংবিদোইনো ইচে?" য়োমনীনা তম্নপনা হংলুই।

ইঙক ঙক্লা তুং ওখোয়ক্‌না থুম্রকই— "থবক অমত্তা চৎলুগে ত্তোবনি, কয়াম কুইরে লাকপা।"

—ঙাইহাক ওইরে।

অকোইবহু হাবকেত্তং লৈহনা য়েংলগা হায়রকই—

"মাই 'ত্তোহোয় কনাথফাও লৈতমাম্লেনে, লোইনথক চৎখোক্লগদোরমাম্লে"।

—ঙক্লা হংলকই—"ইচে লৈহৌরিসিদি"

—ইচেদি ঐহাক্লা পুগদোরে।

—কদাইদা!

—মুমদা।

হনতি থুম্নকরে, ইমু'দা চৎথে। চৎলমদাইদা য়েংলথা মীয়োম্ব থজিত্তং তকই।

'মুম কাইবগি চুপীত্তনা কাইথা'লনে। নহানবী য়েডিওদা

লাকখিবা "অতোম্বী" হায়বা ভ্রাশাচ্ছ কনা কৈরনে। হৌজিক্কী লাইরিক হৈবিশিংসিস্থ খরা ভাহনবা কবজাংনি" হায়গে হায়না হায়খিবনি। ভারমগত্রা ভারমমোইত্রা হায়বহুনি খঙদে,— অছুবু ভারমগদবদি খাল্লি।

থোংজিল হেক কাবশিনখিবদা উরুপ্লা কৌরকই—"রোসনী" কয়াম কুইরে লাকপা ?

—ভাইহাক ওইরে। তপ্রপ্পা হায়রকই—"ইতৈভো ঐ ইচেসি পুরগেনে ?"

—কদাইদা পুদোইনো!

—মুমদা।

কদোম্বদগী থোরকপনো খঙহৌদে অতোম্বী শং কাওদোরকই—থানা য়েংলকই অহুগা শাওনা হায়রকই—'চস্তোই ওইরদি চং-লসিনে, চংলোই হায়রগা কি হোংদোক্লগে'"

মখৈ মকোক খংপা থানাগী বাঙাংহুদা উরুন তুম্বিন লৈরে। অমুকস্থ তকশিল্লকই—"চংশি হায়রো চংলোই হায়রো ?" উরুনদি রোসীদা অমুক য়েং, গুপীহুদা অমুক য়েং তোহুনা লৈরে। কাইনথংদা হায়রকই:—

"চংশি ভাইহাকদি ভাইবোদম," "ভাইবগা অমতা ওম্মোই" শাওনা কী কী কাপ্পহুনা ইমুং চংরে।

রোসিদা ওনশিল্লহুনা উরুপ্লা হায়রকই— "খঙদে রোসী, নংনা থোকপা তোরো"

তশোংনমক রোসিদি মচেবু লোবা লাকপা নত্তে। চুপ্পা

চত্তবা কুইরে হায়দুনা লাকপনি মখোয়গী মওং মতৌ ময়ামদু উবদা ইমুং অচুম্বী মীনা মচেদা কয়বা মীয়োং য়েংলিবগে খঙ-নিদ্রবা, শাওনিংবনা ময়াই কায়ত্তুনা মচেবু পুগে হায়রক্লবনি। হৌজিক্তি খঙলে—মচেনা কয়বা ফিভমদা লৈরিবা। য়োসনী মশাগী অচুম চুম্মদগী তাবদ খদবা ওয়্রবীনি। মচেবু পুরগে হায়বসি মপুক্রিংদা লেপ্লে।

কোত্থোংলোমদা য়েংশোকবিবদা উয়ে, মখোয় অনি লেংজিন লেংজিনদুনা চৎখিবনি। করি খন্নুবগো খঙদে—য়োসীগী চিনবান কাংলপ তৌনা লোকখি। লৈশিলক্লুনা তকিং তকিং ইমুং-লোমদা চংলক্লে। সিংহজিংপু পমলচুনা মচেদা নকি শেৎচিল্লো চৎলসি তল্লরে।

—কদাইদা! বিজয়ানা ওক্না হংলকই—

“কদাইদা চত্তোইনো?”

—চকশিঙ্গদু, য়ুমদনি।

—য়ুমদা! করিগী?

—কচিবু হায়বু চৎলসি। ইচে, ঐ খোইদৌ য়াম্না শাওগৎলি।

—ওন্থোই! য়োসী, ঐ ওন্থোই।

মচেগী মীৎমুনা তায়ক্লিবা পীরাংশিংদু তৈথোক্লগা য়োসীনা হায়রকই—“ইচে, নশাবু মসন য়াঅদু, মীনাইগুমা খনগদু” চৎলসি কি শেৎচিল্লো।

—য়োসী, ঐ সিদ তব লৈহৌগে। ঐগী পুক্নিংসে তম্না তম্না..............। হিক হিক লাওনা কপ্লে।

—ভোক্রে। থংলে, চুপীপীদি মপুরোইবগী মূমদা মোংকখী সিনিনে।

—তুমিন খুকথতুমা লৈরে।

অশাংবা থর মপী অমা হোল্লহনা হায়রকই - ইচে, অতোমা অমদা নংবু চৎলু হায়বা নত্তে, নচাগা লোইননা হিংবদা করি কাই। চুপা য়াওরবদি পুন্সি অসিবু থীংবা ঙমরবরা ? মশাগী অধিকার অচু কাওবা শিজিন্নবা ঙমদবা........ — ........ কান্নদে ইচে, নকি শেৎচিন্নো— ।

—অদুবু য়োসী ঐপী থাপি ত্তাথোনে।

—করি থানো ?

নংগী থাদো নোংমা ঐ মচোন্দা শারখিগে য়াওরবা মতাংদা ঐহাক লাক্কে।

- মচেবু ভিংঙক ভিংঙক য়েংলগা য়োমীনা পুক্নিং পুং-শিনা হায়রকই—চৎলসি ইচে, পুংতাইবা ত্তোন্নিসিবো ?

—ঐ চৎলোই, হায়রিসিনি য়োসি "ঐ চৎলোই"।

—চৎলোই !

—চৎলোই।

কৈ নংগী কুশিনি, ঐনা করিনু য়েৎননিংলোই লৈতে ঐ চৎলে। য়োসি শাওনা মচেবু হন্না কাওবা য়েংলদা তৌদনা প্রপ প্রপ লাক্লে।

"য়োসি ! অমুক্তা চাইথো, অমুক্তা চাইথো। ইচেমো হন্না চন্না কৌবনু তারমনা লাক্লে। থোদাপ কাওবা তান্নকই অদুবু অমুক্তা কাওবা লৈথিন্দুনা য়েংলবা তৌদনা লাক্লে।

# নিপালশুবা মতাং

ইরোইশেম্বদনি। রাজু পরিক্ষা লোইরদুনা থোরকপা কুইদরি। রাজু দেবেনগা লোইননা শায়োকশং য়েংলুসি হায়দুনা লাক্রি। মনিপুরগী শায়োকশং য়েংনিংদুনা লৈরকপা মতম কুইরবনি। মতাং অমা চাক্লদুনা দেবেনগা লাকপনি। লমশাং লাকপগী অরাবদু লমেল মপাম্দা হৌবা চিগোংদৈ মনমদু তাবদা থরদি. কোকপগুম তৌই। শায়োকশং; চংলে. য়েংবা রাবা মথৈ য়েংলে। মুবদা হন্নসি হায়দুনা হন্নকপদা ইরোইশেম কোম্ফুগী কোনা খেকচিনথিরিংগী মরক অদুদা শরক মরাইদা জিপ অমা থারিবদু উরে। জিপুগী মনাক্তা লেপ্লবা মুপাশিং অদুনা লোয়না অমদি ঈজিংনা হারা শাবা অদু উক্লগা করিগুবা কত্তবা খোঁদোক থরা খোকদোক্লিনারে নিংলদুনা রাজুগা দেবেনগা মথোয়গী মনাক্তদু চংশিল্লে. লাপ্তক মথোয় উরোইদবা জগা অমদা কমদুনা লৈরে। ফুলগী শমজংগী উয়ু অমমম শত্তুনা করিগুবা থুদোংথিবা থোক্লবদি ডাকপোক্লবা হায়দুনা থৌরাং তৌদুনা লৈরে। মতমসিমতুদা মুপী অনিথকদু সাইকল কয়া থৌগৎলকপদু উরে। ইথং থংহৌদে জিপ অদুদা তোংলবা নিপাশিং অদুনা সাইকল তোংদুনা লাকনিবী অনিদুগী মথক্তা অমদি হাদুনা জিপা থাদংকে তৌরে। মাগা, লাকখীনরিবা মুপী

অদুনা খুৎলৈ থূনা চোংথদুনা ময়াদা ফিবুল নমংগে ভৌরিবা হুপাহুনী মমাইদা লৈজবা পাঙল মথৈ খোমজিন্দুনা খুত্তুয়া শুরগা হো মী হাংলে, মী হাংলে, হুপী চিংদে হায়দুনা কোইলাও লাওরে। রাজুগা দেবেনগম্ব উয়ুংদু পাইদুনা কয়া চেনশিনলক্লে হুপীমচা অদুবুদি মথোয় ময়াম চংদুনা জিপ্পা হাপকৎনবা হোৎনরি। হুপীদুনা মথোং ফ্রিং ফ্রিং কাওদুনা চোং কনবদুদা হাপচিনবা পাক্তি ঙমদ্রে। তাঞ্জাদুমক্তদা রাজুগা দেবেনগনা মথুত্তা পাইরিবা উয়ুংদুনা মথোয়দা প'ফুদা কুপরক্লে। রাজুনা জিপ মদুংদা হাপকে ভৌরবা হুপী অদুবু লৈজবী থাদুনা কয়া চিংথোরক্লে। দেবেন্দি মথোয় ময়াম চংদুনা খোংবান্দা নমশিনবীরগা কুদথক্লে। ময়াদা বিবুল নমগদবগী হোৎনরম্বা হুপাশিংদুম্ব রাজু তম্না কুজিলক্লে। মথোয় মশেল কয়া কুনরিবৈগী তাঞ্জাদুমক্তদা হুপী অমনা নোংমৈ পাইবা পুলিশ গাড়ি অমা লাক্লে হায়না থংলাও লাওরকপদা হুপী চিংগে ভৌরম্ব, কাংবুশিংদু জিপ্পা মহৈ মহৈ চোং থৎনদুনা গাড়ি কয়া থোক্লে। হুপীদুনা অহাযদা মী হাংলে, মী হাংলে লাওখিবা খোঞ্জেল অদু তারদুনা অনকপদা লৈবা মী থরম্ব চেংথোরক্লে। রাজুদি য়াম্না খিনা শোক্লে জিপ মদুংদা নমদুনা হাপকে ভৌরবা হুপীদু চিংথোকপদা মকোক্তা থাংবা য়ামক্তুবা কনা খিনা শোক্লে, চিনবানম্ব তৎলে। লাইবক কবদগী দেবেন্দি ইশোক শোকহৌদরে। মথোয়গী কাংবুম্ব ইশোক শোকখিদবদি নত্তে। রাজুম্ব শোক্না শোক্না মথুত্তা পাইরিবা উয়ুংদুনা লৈজবী থাদুনা মথোয়গী মাকোক্তা কয়া কয়া রৈ-

থঃকপহনা মখোয়শু কনা থিনা শোকখিবা য়াওই। মকোক্তা কনা থিনা শোক্লবা য়াদু অনাবগী চৈনাখোল হেক্তিলকনা জ্ঞান তাক্লে। ময়াম চংহনা য়াজুবু লক্কেল হোসপীতালদা পুরে মহাক্তি লেংদনা উতুপ তাবক্তম লৈরে।

পাওহ তাবদা মথক্তা পোকচবা য়াজুগী মমা পাখংলে য়াকক তাহনা লৈয়বা মচাগী ফিরুম উবদা ওংখাংনা কপ্লে। ময়াম চক্লনা হোৎনবদগী, লাইবক তবদগী য়াজুগী অনাবা থরা থরা কয়রে। দেবেন্দ্র সুখিং খুদিংগী লাক্লনা থত্তাই হকচাং য়াওনা মরুপকীদমক হোৎনরি।

কত্রবা কাংবুশিংনা চিংগে তৌরবা খুপিমচাহ অতৈ কনাসু নত্তে য়োসলৌগী লুনা তিল্লবী মেমচানি। থৌবালদগীনি। মবে-ক্তি ইক্কালদা লৈ। মখোক্তী মনাক্তা লৈরহনা কলেজ তম্বনি। য়াম্না কুইরে থিল্লমিংনা মাবু হায়রকপা অহবু মেমচানদি গুক-য়ামক য়ারে। থিল্লসিং খাংলৈবদগীনি। মশা মত্ত য়াম্না কৈ, মথকতু পংথি থিদে অহবু চাংথোক্কপদা ঃাশি য়াওঃবা হায়গত্রা মহাক্তা চাংবা বাশিদদি গুকতা তানিংদে। মী য়াম্না উশিক্তে, মীথানদে। কনা য়াম্না হায়রকাওবা মেমচানা য়ামত্রবা অহদা মথহনা পোৎসে পুক্তিংদা নিংথিবদগী মেমচাবু কাম্নব। খুদোংচাবা চাইরকপনি। কনা য়াম্না হায় হায়হনবু খংথাইনা খুংশিক্লবা পামজক্তবা অহুলদি কয়মবু য়াকলিগে? কনা ইনাক খুম্ববু মরম্না নিংথাইবা ওম্ববনু খোইবীনা লোংবানবু পামখিবয়া? তিমক্তিথোনানা তেলিফকী খকহেন্দবশিংবু হখোক্ত্রয়গা মথক

মুয় ওথেল্লোদা থবাই কৎলুবা। থংলে মুংশিবগি অতোম্বা সংসার অমনি। অহুগুবা সংসার অহুদা লৈবা পোৎশকশিং অহুগি মতম থুদিংমক্তা ইনোত্তা নোই, ইকদ কৌ। থম্মোইনা থোই দাব্রবা মী অমগী মকাদ পুল্নি লেনবা হায়বসি অবাবগী মশক্নি। তুমিৎ অহুদা রোসনীগা মেমচাগা লুনা ভিব্রবী মযাম্রবী অমগী মুহোংবগী পোৎপাং শীবা চৎলুবনি। মতম থুদিংমক্তা হংহুনতা, শেন্নহুনতা লৈরবা বিন্নসিংনা মীশু থোইনা ভাদবা অসিগুম্বা ভাঙ্গা অসিদা মহাকপু কানবা মথোয়না হন্নকপগী লম্বেলদা ভাইহুনা লৈবনি। লাইবক কবদগী রাজুগা মেবেনগা থেংনবগী মহাক মথোয়গী মথুত্তা তাহোদবনি। করিগুম্বা রাজুনা মহাকপু জিগুগী চিংথোকপীরমক্রবদি মথোয়গী মথুত্তা লৈরমগনি থল্লুবম-ন্দা হকচাংগী মকম পুন্নমক্তা হুমাংনা থাই থাই লাওরকই, তু চুংলকই।

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

লম্ফেল হোসপীটাল Special word No 3 দনি মেমচাগা রোসনীগম্বু অনাবা হংবা কা অসিদা চৎলক্নি। রাজুগা মেবে-নগা বারি শাহুনা লৈরম্মী। রাজুগী মকোক্তা, মেম্বেল রেংং-লম্মী। মথোয় 'নিবু উবদা কৌরকই—"চংবিরকউ রানি"। থুন্না ওইরপ লৈরিবা কান্দু চিংথোক্‌না কয়ে। রোসনীবা অনা-বরোমদা রেংলগা থজিত্তং নোকমিন্নগা—"তা মেবেব অনাবা থরদি কয়েনা"

রাজুম হায়কেত্তং রোসনীদা লৈহুনা রেংলকই। পাউথুমগি

দেবেন্না অনাবলোমদা য়েংলদুনা পীরকই—"করে, অশোকপশিং অয়াম্বনা তাইশিন্নে"

রোসনীনা চংলকপদা য়াজুগী মমা লৈরমদ। মপান থোক-খিমান্নে। তাঙাসিদা মহাকন্থ চংলক্লে। রোসনীগা মেমচাগা লৈরম্বা উবদা হয়াওবা উত্না কৌরকই—"ইচাশিং লাক্লিদনা করি চাখি"

"করিমত্তা তৌবিরুরগনু ইমা" রোসনীনা তপ্পপা থুম্নকই। অদুবু য়জনীদি ইচাশিং লাকপবু হায়দুনা ইটৌপ থাগত্তুনা চা লোনখৎখরে। থাওদু কুনবনয়া মৈ পাক হৌ হায়বা য়াদরে। রোসনীমু য়েংবা শুংঙাইত্রমান্নে—"ঐ তৌজগে ইমা" হায়দুনা তুইদু খিংজিনবদা মৈ হৌয়ে চান্থ মহাক্না লোলে। রোসনীনা তৌরিবদু য়েংলগা য়াজুগী মাইথোংদা মকা লাম্বগী মখি অমদি তাই। করি খল্লিদগে হায়বদুদি অইবীনা য়াজু নত্তবনিনা খঙ-জল্লে। চাদু য়াজুগী মমাদা, য়াজুদা, দেবেন্দা, মেমচাদা অমমম পীরে অদুগা মাদি চা থক্কে হায়দুনা থক্লে। দেবেন্না চাদু অমুক্তং চিংলগা খংহাই খংজিন ওইনা হায়রকই—"ঐখোয় রোসিদি য়ায়বু শিংহৈনে মিলিটরি গাড়ি লাকপু লাকবদুবু লাক-এগা হায়জিন্দুনা মুংশা খিহনবদু" মহাকনা হায়রমত্রবদি মখোয় পাক চেনখিরোই। কনা কুইনা ঐখোয় ফুনয়বা য়াবনি।

দেবেনগী য়াদু তায়গা য়জনিনা নোক্লদুনা চিংলেল্লা হায়রকই--"শক অমুক কজবা ইচানবু বুখি খাংপা হৌনবরা? হন্দক্কি মখোয় ময়ামক হৌনা নোক্লে।

রজনিনা রোসনীবু হেক উবদা চুংশিবা অমা পোকই। ভোবদি মাগী মাইথোংদু উরুবা থুদিংমক্তা চুংশিনিংঙাইনি অদুবু রজনিনা চুংশিবদি ইচম চম্না নত্রবাদ্রে মরো ঠৈনা চুংশিজ্ঞমাদ্রে। মথোয়না চৎখিবদু থোংজিলদা লেপ্পুনা উরিমথৈ য়েংহৌই।

নোংম নোংমগী রাজুগী অনাবদু কয়ক্লে। রোসনীগী মপাসু মরক মরক্তা লাক্তুনা অনাবা য়েংলৈ। রজনিসু মহাক লাক-পদা হরাওজে, মচাগী বা কাওবা হৌদোকচনিংই অদুবু ভাগ্না ইচা চাদে।

রাজুগী অনাবা হৌজিক্তি মপুং ফানা ফায়ে। ইথং খঙ-হৌদনা শরতনা টেলিগ্রাফ থারকপদগী পাস ভোরে হায়বা খঙলে। বারিকৈ ভাজাচিদা পরিক্ষাগী ফলনা অরাবা কাওংথাক্তুনা নোকহল্লরে। অদুবা চুমিং অমা য়েংলগা রাজু ফলকভাগীদমক থোংলানব্রে।

# মপলগুবা মতাং

কলকত্তাদনি,

মচুপী চিংখগী খোকথিবা থোংলোক পুম্নমক ৱাজুনগী তায়বদা শরত শাওবনা লোইরে খুদক্তা চত্তুনা মচনগীদমক লমন খুমনিংথনি। তুপাহু কদাইদা লৈ করি মনিং কৌই হায়হনা হংলকপদা- ৱাজুনা তাকখনা কৈ খল্লহনা ইংখনা হায়রকই— “ঐহাক্তি তাকখদনু কুইনা লৈরুরে অহনা তুপাহ্ণ কনালো, কদাইদা লৈখনো খঙলে” ৱাঙুগী পাওখুমদুদা শরত পেন্দি পেলে অহৌবু মহাক থোক্লগা অচুবত্ত খঙলগে হায়হনা লেপ্লে।

× × × × × ×

তুখিদাংনি।

ৱাহু লাইরিক তুম পাম্বখগী মাগী ৱাস্থ নিংশিংলকই। থোৱৰা অমদি লাকখবা কয়াগী বারি খল্লুগা তুংডাইবা অমস্থং নিংতমদবনু পোক্লকই। অহানবা চংলুবগী ছুট্টী থোক্লকপদনি! ঐ লাকএ তাবদা মুখলোম্বা তুগী অতাংশিংনু লাকুনা ইরাং হেক লাংই। কন্নি লৈরকই, লৈবা থুংডাইবরা তুংডাইতবরা অমগী মথংদা অমা পংতাংদা তাংশিল্লকই। কুইনা মথোয়গী মরক্তা লৈনিংঙক্ত্রে কোয়া বারি শাথনু ৱাই খন্দুনা ইকজনবা তোক্তি মথোং তাম্রা লাকএ। ইক নূক নূজনা মাগী মরমদনু খল্লকই। তুংলোমদগী ইথং খংহৌদনা “মোপা মামা থুংডাইরমারেদা” লেবেম্মা

লাওরকপন্থ খঙলহ্না মাইদি 'ৈলথোক্তনা রাজুনা খুম্নকই—
"খম্মোইনা হুংডাইজবস্ন মাইখোংদদি হরাওবা উৎপা ভাই"
দেবেম্না চংশিলক্লগা নোক্লগা হায়রকই—"অদৈদি লাইরি
য়াম্না হুংডাইবা পাও অমা তশীগে"
—"করি পাওনো ?" লাংতক্লনা রাজুনা হংলকই।
"পাক হায়দোকওই, খোইরাংহনখিগে" দেবেম্না লক্লহ্না
হায়রকই।
—"অমুক খোইরাংহজ্রবস্ন কোক হায়দোক্লো, খম্মোইসে
হুংহনবরা হেংগে" কাগী ওইনা ওক্লকই।
—ঙসি মহাক ঙগোই শাদোরিবনি।
—কদাইবা !
রাজুগী অহকপা মৎংহ উরগা দেবেম্না হায়রকই
—মখোয়গী ঙহন্নি, মাদি শাক্তরোই হায়বনি।
মখোয়গী মমানা শাহনগে লেপরে, লাইগী লমন ভোম্ননি
হায়বগী শাদোইনি। মহুস্ন লাল অমনিহে।
—করিগী লালনো !
—মচাহুশীনা শারোই, মমানা খ'দ য়াবে, খংনম্নিনিদনা।
—মহাক্না ১াজবদি মনাও হুপীহ্ শাহনবা য়াম্লো ?
—নাম্নিনাম্লে।
—পুং কয়াদ হৌনি হায়বগে ? খরা ঙংহুম চৎশিনা
—কৈনে হৌজিকগী অহুম শাংজুম্রসিনে,
দেবেনগী য়াঙাংঙ্গদা হায়কেং ইকাইক্লই।

তগোই শাবা লোইরে অহূবু রাজুগী থবাইদি য়োম গী মতুং ইন্নবিবগুনদে। কদোমদগী লাকপনো থঙহৌদে তুগী অম-থক ঐগী মাংদা ঙেক হেক কমথৈর অহূগা মুড়াদা কয়ীবী নায়াই চন্নবী সুপীহুদা হায়—"কমদোই তগোই" সুপীহুগী খো-ঙেন অহূনক রাজুগী থম্মোইনুংদা চংরে। চংখিবা উহৌদবনিনা খোঙেল অহৌমক্কা থডুপ্রেক থডথরে। সুপীহুনা মুড়াদা কয়ীবা অচাং অহূবু হে গংবমগা তুং লোমদা থরদং চথোক্না থাগে হেক লৈথোরকপদা লৈরোই লৈকাই ওইনা হায়খি—"ওয়োমদু শাবা লৈরেনে মতো ইমান মাঙনা।"

সুপিহুনা ইকক তক্না য়েংথোরক্লগা—"হায়বা ঐখি………। ঐনি কনা কনা ওইরবোই নিংলুরে। কৈদে লৈ লাকই ?

—হুপি লাকপনি। হেক লাকপগা নংগী তগোই য়েংবা লাকইসিনি।

—ইকাইজরেদা।

—য়ারা কটৈ। ঐখি নহাক্কি হাডবা থঙহুনরে।

—ইঃ লৈথোক্লগা হায়রকই—"নংতনা কঙবা ওইরিনিদা"

—অকৈগীদি থঙদে, ঐগীদি…………………।

মাগা কন্দীনবহুনা ঐথোঙ নৌ হাখি শাবহু তাক্ষামে। তুংলোমদা হন্না য়েংথোক্লগা ইকক তক্না কৌরকই—হাইনা ইথুংতো। ওমোইদবৈখ উবু উদেনে। কয়াম কুইরে লাকপা॥

য়োসনবীগী মমা ওইরবহুদা হায়কেতং থাই লাওই। খো-ঙেনদি তমথা পুনখি—"চাইহাক ওইজরে"

থরা খোংজিল্লকপা অচুম্বদি মীশু ইন্তাক তাকশিনরে, অয়াম্বনসু চৎনখে। তাদুক য়েংলগা শোম্বাংননা কৌরুই "য়োস—য়েংদনক য়েংখোয়রকই বাদি ভাংলক্তে। ডাইহাক্তুং থম্বানরগা বাজুনা হায়রকই—"হয়েংদি লাইহরাওবা য়েংবা লাক্ক য়োইত্রা ?'

—লাক্করোই।

—কৈদৌরে।

—হয়াও কুমৈদ কা হেয়া ইন্টরেস পীবসি ঐদি কয়া পানদে হন্দক্তি য়া অমত্তা ভাংদনা বাজুদি মতোন্দা তুমিন য়েংহুনা লৈরে। মহাক্কী মতোম্বদা নোক্কহুনা য়োসীনা হায়রকই—"কৈদৌরে অচুক শুকথরিবহৃদি"

—করিসু তৌদে" শকফম হোংদনা হায়রকই

—হেয়া বা অমদি লোৎকেদা

—লোক্তে। অদুবু.......................

মথা ভায়ক্তিহৈদা য়োসনীগী মমাবা "চৎলসিরাসনী" অতৈসু চৎলসি হায়দুনা ফুক ফুক হৌগৎলকএ। ঐগী বা মথা তাবা নংদনা য়েংদমক য়েংলম্লগা চৎথরে।

মখোয় চৎথরবহুদদি লাই হয়াওকমদা কুইনা লৈনিংহক্তে। দেবেন্দা চৎলশি হায়হনা য়ুমলোমদা লাক্লে। য়ুম হেক য়ৌবগা বাজু ফিরোল হোংদোক্লগা ফমুংদা চংলে। কয়বা মতমদা মহাক তুমথিবনো হায়বা থহদে। মীত্তি উৎশিল্লি হায়ববু তুমথদি ইয়া য়াক্তে। কনানো অমনা থোংদা কাক কাক থিল্ল-

কপদা য়াজুম্ অখিং অকাই ওইনা ফুক হৌগত্লুনা থোংহু হাংদোক্লে। থোংজিল মপান্দা লুপা অমথক্সা মথুত্তা পাইরিবা চিঠিহ্ উৎলহনা হায়রকই—"মসি বাবুগী চিঠি ওইরমাগে" চিঠিহ্ য়েংবদা থংলে, মথক্তা ইরিবা থুৎইহু দেবেনগীনি। মরুপকী চিঠি ওইরবহদা হরাওনা লৌশিন্দুনা কা মনুংদা চংলক্লে। কয়-থা মতমদা মহাক তুমখিবনো থংহৌদে। মীৎ উইশিন উইশিন্না মাগী বাখল থন্না থন্না তুমথখিমাগে। থোংদা খিল্লকপহদা থংপ্রেক থংনা কমুংদগী চোংথহনা হাংদোক্লবনি অহুবু লুমিত্তি কনা য়াম্ন কারক্লে। তাইঙমদনা মরুপকী চিঠিহ্ পারক্লে।

মরুপ,

ঐহাক তৌকম থংক্লে। চংলমদাইদা নহাকনু পাও থরদি তারবহনি। মেমচা চিংলুরবা মতুংদা কত্ত-ফুংদা থোরকক্লা কিব-দগী থুরেম্নাইখ থাজবিথরে। মহাক মশাদি শুকয়া য়াদে। নোংমা য়োসীনা ঐঙোন্দা হায়রকই—"তাদেবেন কম্মাই তৌসি হায়রিনো? হৈজিংপোৎ পুনবগী লুমিৎনু লেপ্পথরে। ঐনু পাওহ্ হান্না তারবনি অহুবু ঐগী পাজল কল্লি দৈ। নহাকনু থন্নু য়োসী হৌজিকী মতমদা লাইয়রবু কনানা লিংথানবিবগে, ঐগী থৌনা লৈতবনি। মহাকপু নুংঙাই য়াইকনা পাম্লবা ঈশ্বরনা মঙল পীনবিসহ্ ঐগী বাহুদা য়োসিদি শাওহনা চৎলে, ঐনু নিংঙমদনা লৈহৌরে। মাগা ঐগদি কাহেন্না লোন্নদিননা বাপ্পি শাথিজ্রি। থম্মোই মপেল লুহপিনৈ হায়বদি ঐহাকনু বংই, মাগী বাঙাংদগী ঊজিত্তগী। তৌবফুদি তোইনা শকউনবনা, তোইনা মীনোম্লবনা

তোইনা থাদি শাবনা মুংশিবগী অশেংবা শক্তমনি হায়বদি য়াদে।

হৈজিংপোৎ নকশিলক্লে। নশানা য়াদবনা মপানসু থোক-লমল্লে। নোংমা থেংনৈ, য়োসি খিম্বোক্ত নগী থরকপদা ওইরমাদে। চংশিন্দুনা হংখুই—"মুংডাইটরিদনা"। মাগী থম্মোই শোক্না হায়-রকপা "ঐহাক মুংডাইরমগনি হায়না থরাওরিবরা" হাইহৈশিনক্লা ঐগী থম্মোইবুসু নিকহল্লে। থম্মোইগী থাদিং থম্মোইতনা থংই। মাগী থম্মোইগী বা ঐহাক থংই অমুবু ঐনা করি তৌবা ঙমগদগে? ভাইহাকী অচিকপন্থ থুগাইদুনা ঐনা হায়খি—নংনা করি খল্লিদগে হায়বদুদি ঐহাক থংদে অদুবু নহাকসু থমু নহাক থাজবরী নিংডোমী।

ঐগী থাক্তনা মাগী মীংশু ঊত্না হৌরক্লে। থোকখল নিক্লা হায়রকই—"ঐসু .থংই অদুবু হৌজিকসু মতম লৈরি নংগী থাবলদা ভাইহে"

ঐগীদি করিসু লৈতে অদুবু নখোয়গী ইন্নুংনদি ঐহাকপু য়োনা পাখদে। নহাকসু খংশিবহুডাট ঐগাকি লাইরবা মচানি অদুগা নহাকপু থাজরিবা মুপাদুগা ঐগদি সমুক্লগা লাংখোংগনি।

ঐগী থাক্ত [illegible] মুকথরবা মাইথোংদু হায়-গৎলদুনা মেমচানা হায়রকই—"লাইরবা মচাদি মী নত্রবরো? সংসারসিদা লাইরবা মী [illegible] লৈতরবরো?" অদুবু মরান লৈতরবা মুপা অদুদা ঐনা মরম ওইদুনা করিগী ইকাইবা নংং-নগদোক্লিবনো? ঐগী থোনা? ঐগী পাপম করিনো। মেমচা হৌইনি মাইনি হায়বা করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পীরক্তে। মাগী মীংশুমা পীরিক শিথরক্লে।

# তরাশুবা মতাং

কুমওন কয়া চথরে। শিংথা ওমহৌদে ভুয়েলগী ঈচেল, থাম্বা নংহৌদে মতমগী খোঙচৎ। ত্রোং ত্রোং লাওবা ঔশিং ইংচলগা লোইননা চেল্লিবা লোকী ঈশিংনা অকনবা শা-ফুগা লোইননা সুংজাও কয়াদা ভাগু থেংগুদুনা চেল্লিবা অসি কনানসু থিংলুবা ওমদনা চেহথি মথমতা। পুন্সি অসিসু সুম্না সুম চংথিনি থঙহৌদনা লোইথিনি।

ইচে লৈথিদবা কুইরে। অশিবগী বাখলনা নোংমা নোংমগী থম্মোইদগী মনি শামখ্রে। পীক্লিবা মচাবু হন্দোক্লমহনা নোংমা পুন্সি শীথরখ্রে। মীওইবগী লাইবক হায়বসি অঙকপনি। পুন্সি অসিনা সুম্না 'ওইরকনি হায়বসিদি মংদা কাওবা মংলুবনি। অশাংবা থর মশী অমা হোৎনহনা মথন্তা হায়রকই—"ঐগী লাই-বক্তা করি অয়ৌগনা"

"ইমা, কৈদৌরিবো পুন্সি মপানসিদা, নখন্তা চিক্লগা কয়নবা" হায়দুনা শখল থাংমদগী কৌরকই।

থোক্লেনহ্ তাথদা ইথং খংনা য়োমনী তুংগোমদা লৈ-থোরকই। শখল থাংমদা হায়দুনা লেপ্পুনা লৈরিবহ্ ওইরে। হায়দুনি অমুক্তম্ মখোয়গী শয়ক ময়াদা চত্তুনা লৈপাল থাংমদা লৈহনা হাদি শাথিজি। তাম চারুবগী মখোয়গী মঙমেলোয়দা

য়েংশিল্লুবদা -উরুবনি । ইথা থাজদনা মহাক্না নৈপাল বাংমদা লেপ্লবহ্ উরগা থবদং চংশিল্লগা হায়রকই—"Question হুং-ঙাইখিবা নত্রা ?"

"মবক্তেক অমদি শোইরম্লে" শুকথশিন্নরক্লনা রাজুনা হায়রকই ।

—করিগী ! কয়াম থিনা শোইরবগে !

"নংগী বাখল থল্লিবৈদা ইহৌত্রে" ফিত্তম হোংদনা হায়রকই ।

—চরোদা, তানিংদবা বা তাক্না তাংলদনা ।

—অওইবনে থাজত্রা ?

রাজুনা শকক্ম হক্তিয়া হায়বক্লুদা য়োননৌদি চান্নমক থা-জক্রমারে ।

—"অওইবমকী শোয়খিবগো ?" লাওরংননা হায়রকই—

"তাওশিন্নমচি, হুন্দা কা হেন্না তাওবসে কান্নবনি"

—ইঃ হৈবিরেদা…………………

—হৈত্তদি

—শোয়খিদেয়ে করিগু, মত্তৌ য়েংগে ত্তৌবনি । ঐবু হায়ক্তৌ হায়রদি…………

—করি হায়দোখিবা ।

—নংত্তনা তাওহনবনি ।

—ত্তকচরেদা, ঐত্তোক্কা তাইশিনকথদনা

—তাইনদদি ।

—কিহুম কিশিনত্রে, হয়েং পরিক্ষাগা লৈন ওইরগা ঐত্তো-ক্কা তাইশিনত্তনা ।

—তাইশিজরোই, তাইশিজরোই, তাইশিনগদবা মী মানব্রো ঐবু। শাওরংননা হায়রকই।

মানহ্ন অচুম শাদোকখে। ফজেনে ঐনা অরানবা তাক্করগে। "করি থাদা অমুক চংদোইনো" মথা তানা হংখরকই

—য়াম্না চংহনবিংলবরো? থোরকহন্নীংঙবনিনা হন্নক্তি শুক-থোক থোরক্লরোইকো।

—থোরকহুদি হায়বিদেদনা। চিনিম্প্রাদোনা কোচি কোং-পদি ওথোক্না হৈদ্রেনে। উকিলগা ওইরদি…………

—'ঐনা উকিল ওইরদি নংনা করি তাগে" নোক্লহনা য়াজুনা হায়রকই।

—ঐদি ঐনিদনা…………, ঐবুদি ঐ ওইদনা করি ওইগু হায়রিনো?

—করিস্তু হায়রদেদা।

তাম্ভাসিমক্তা ইমুংদগী রোসনী মথানা কৌরকই। রোসনীদি থোঙ খুং হামগে হায়হনা লাকপনি। হকচিক লাংবহ্নদা কম-হনা লৈথোক্লবনি। মথানা কৌরকপহ্নদা থোঙ খুংকা অমত্তা হামদবমথৈ করিস্থ পাইরগা 'চংলগে' হায়রম্লগা চংখে। য়াম্নগু মানা চৎথিবা মাইকৈহ্ মীৎ কুপ্তনা য়েংলুরগা ইমুং চংখ্রবদা মাইকপ মথাই লৈহনা ইথৈ ভংনা ভংনা লাক্লে॥

\+ + + + +

মরম এল এল বি পাস তৌরবা মচুহ্না এলঃ এলঃ এমঃ ক্লাপরি। মচন্নুগী চেনথিবগী পাও তারহ্না থোক্লক্লে। থৌদোক

অসি মবোক্তি মনা পাইবা য়াদবমখৈ শাওই। মখোয়বু শে-খীরক্লৌবন্থ মবোক্লবি অহুনা মবোক্কী বাবু হেক ককথংপন্থ ভমজে। দেবেন্দা চেনখি হায়বসিদা শরততি থোইদোক্লা শাওনিংলুদে মরমদি মচন্নুপীগী মথৱাই রাজুগা দেবেনগনা কন্নকপনি। অহুগীম্বু মথক্তা দেবেন্দি অহুক হাক্লা কত্তবা মীওইম্বু নত্তে মহাক্কী হায়-ববু লাইরৈ শিদনি। মহাক্কন্থ ভিন্নরকপা মরুপ্পীনা মহাক্কী লমচৎ মুন্না থংই। মশা মশা য়ান্ননা মচন্নুপীনা পামজনা চৎ-খিবনিনা দেবেনগী মরাল লৈতে মখোয়বু .লুহোংবীবনা চুমই হায়বসি শরতকী রাখলনি॥

শরতকী মবোক্তি নেমচা অংম্রাদা লৈ হায়বসি থগুদে। মেমচাগী মমাদি থংই। শরতপু মমানা হায়বগী মচন্ন লুপীগী লৈফম থংলে। মচনবু ওখোকপা কীভম অনদা থম্বীরে হায়-বসিদা পুক্লিং লুংশিন্নকই। শরতকী মমানা মচান্নুপীবু হৌজিক লৌবিকচো হায়বদগী শরতন্থ খজি মরোল শেংচিন্দুনা মচন্নুপী লোবা অম্রোবা চংলে। ইচনুপীদমক ইবুং লৈরি, ইচলগী নিংবা পুংহনগনি হায়হুনা মযুম্দা পুরক্লে।

পুরকপা মতুং সুমিৎ হন্নীরোম লৈরগা য়াম্না পুনা ইশম শম্না লুহোংলে। শরতকী মবোক্তি মহাক্কী মরা অমত্তা চত্তু নিংহুনা য়াম্না শাওই। শরতন্থ মবোক্কী মতৌসিদা দুংহাইজবদি পোকই॥

× × × × × +

রাজুহোইগী ইবুং কমদৌরি।

য়াজু মমানা মতম খুদিংমক্তা থক্কবদি মচানা হেক খোক-লকপগা সুপী থিনবা ভৌরবি অসিনি। মহাক্নগা অহল ওই-শিলক্লবনিনা মযোগী মথুৎসু চানিংলক্লে। মতম কুইনদগী য়ক্ক-নিনা পামজবা মং অনতং মংক্করকই। অচুগুম্বা মং অহু য়াজুনা পাম্লমগত্র। পামলমলোইত্রা হায়বছদি খংদে। অচুগা থম্মোইহুংদা খনদি খবৈ য়াজুনা য়াদবদি ভৌরোইনা।

রাকম অসিমক য়াজু মপাদা হোদোকচৈ। য়াজু মপাসু রোসনী হোইদকা মরক মরক্তা চকুনা মচা মচাগী রাক্সিকা শাই। রোসনীদি য়াজু মপাহু মশক খঙদে। নোংমতম্সু কনানো হায়-চনা হংলুদে মমানসু হায়দে। রোসনীগী য়াম্না ইংবা ভহা ভহাদবা, থবক ভৌবদা চেকশিনবা ময়াম অসি উক্লরগা য়াজু মপাত পামদবদি নত্তে। য়জনিনা ওক্কমচ্যদগী য়াজু মপাসু মচাগীদমক রোসনীবু পীযু হায়বদা রোসনী মপাসু হরাও হরাও য়ারে। মচা মচাগী রাকম অমতা হংদনা অহল মশেল রা ফুপথোক্লবরে॥

# তরামথোইস্নুবা ৎতাং

মপুং মরৈ কারবী মচানিঙোলবু মমা মপানা ফনমক য়াম্না নুংশিজনস্না থাজনিংবা হায়বশি মহৌশানি। মচা নুপীবু ফনা নুংশি হায়দুনস্না মখোয়গী মনাক্তা পুন্সিচুম্না থম্বসি মমা অমত্তনস্না পামজদে! হৌজিক্তি য়োসি অঙাং নত্রবনি, মশাগী অক ফত্ত চপ চানা থনবা ছত্রবনি। ইমুংগী কিতম থোইনা ফবা নত্তবনিনা বি, এ পাস তৌরবা মতুংদা ওজাগী ইন্টর-ভিয়ু য়াওরগা থম্লকুনা হায়স্নুলগী ওজা ওইরে।

ইথং থংহৌদনা য়োসিগী মপানা মচানুপীবু কেশোগী মচাদা পীথোক্লম্লে হায়জনা তম্লে। মচাগী মমা অমত্তা হংবা থোৎপা তৌদনা করিগীদমক্তা মা লোইথোক্লক্লিবনো হায়হনা মমাদি শাওরে। অহুবু য়োসিগী মপাদি হায়নরবা বানি হোংবা য়াদে নচানুপীবু শেমজিন্নু হায়রকই। অহুগা মথান্সু তাথরকই নুপা মচাওম্না মগুন লৈ, মীওই মতৌস্নু চাও শাংই, হৌজিক তাক্তা তম্লীবনি। মমাহনা য়োসিবু য়াম্না নুংশিজে, পামজে। ইনাক থুম্লি হায়বগী থোইদোকপা চাওথোক খোঙ্তোকপা লৈতে, ঐখোয়গা পাক্নবদি মখোয়না থিনা হেনবথোংনি ইচানা লৈজবদনু নুংঙাইবা মথোক্না পীদনা কনাদা পীগদগে। নচাবু য়ানবা ঙাং-নবদি নহাক মমানি নহাকা ঙাংনজগো হায়হনা মপাদ থোকখে।

পাও অসি য়োমনিদা ভয়ে। মহাক্কী রা অনম্ত ভাদনা কল্লিগীদমক্তা বা তুপথোক্লখিবনো হায়হ্না শাওবনা মৈ হৌরে। মথোয়গী অপাম্বা কুশিদা ভৌই হায়হ্না নপুক্লিং হুংশিরে। মহাকপু থাজথরে হাথবহ্ হেক ভাবদগী মমানা মথা ভারক্তি-ঙৈদা ঐ ঙম্মোই, লুহোংবা ঙম্মোই, লুহোংখিরোই হায়রম্লগা মমাগী মনাক্তগী কুক হৌগৎলুনা লাক্লে। মমাস্থ বা মথা ভাদনা তঙকন্তঙক য়েংহ্না লৈরে।

য়োসি কমুংদা চংহ্নু হিগুনা লৈরে। তুথমক্তি নত্তে, হিপচবভনি, বাথল থল্লিবনি। পুক্লিংদা মওল মওল থল্লি। মাগী মতৌহ্দা মমাদি বা ভাংগদবা কিরে। য়োসিনা থাজৈ মথানা কৈদৌঙৈদম্থ নমম্বা নমথেক্লুনা মশানা য়াদনা পীবদি ঙমলোই মরমদি মচেগী হাক্তক্তা থিরবনি।

অমুক্তং থাংদোকপ্রবা থোঙথাং অদো অমুক হঙ্জিনবা হায়-বসি য়োসিগী মকমদদি হন্দক মপোক্কী ওইরমোই। অমুক্তং লেপখিবনা পুন্সিগী অরেমনি হোংদোক হোংক্লিন য়াজবা থম্মো-ইগী য়ারেম্মী। নহানমৈথ থাদে ঙসিভদা থঙলকই—মহাক্কী বাম্বগী মমম অসিগুম্বা নোংদৈ অসিনা হকচাংদা শাফু কয় ঊরকপা মতমদা কয়াম বাবগে, কয়াম চোকথবগে? য়োসিগী থম্মোই নৈমিনা চাকথেক্লে হমাং পাথৎলক্লে, তৌকম থঙজিনক্তরে। কপম্থ কপ্পীংলক্লে, শাওম্থ শাওনিংলক্লে। মতাং অসিদতা থঙলকই-দুংশিংনা শিংলগী অর্থ, লৈরাংনা শাংলগী মরম, শরভক্কী থা-বাদবু উরগা য়োনা হুংওলহমিনা। থম্মোইগী বাহং কয়া থম্মোইবা

হংদ্রে অহৈবু পাওখুমদি ফংদরে। থগ্নাই লুংঙাইতনা কয়ুংদা অমুক কম্মী অমুক হৌগংলি তৌদুনা লৈরে। তৌকম থঙজিলক্তরে, পুক্নিংদা মওল মওল থগ্নি। মঙোন্দা চিঠী অমত্তং থাখিসিরা থগ্নি অমুকন্সু মাগী অচিনবা লৈরমগত্রা? চিঠি থারকখিদবত্ত কুইরে ঐনত্ত থাখিরে। এম: বি: বি: এস: পাস তৌখিবদি কনা কুইরে চহি অমহুম ফাগদৌরে। হৌজিক হৌজিক হাওস সর্জ্জন ওইরিবনি। থোরক্কদৌবা পংকুইদি কুইরম্মরোই অমত্তংদি থাব্রগেদা। হৌজিক্তা নিংঙম্মক্তরে, মাবু থাজরিবা নুপা অহুগী মনিং করি কৌই, কদাইদা লৈবনো কনানো হায়বা কাওবা হংহৌদে। ইমানা মথা হায়রকদৌবন্সু ঐনা শাওহুনা লাকএ। মহাক ওইরমগনি হায়বদি য়োমি থাজদে। মমানা নুপাচুদি হৌজিক হৌজিক ডাক্তর ওগ্নি হায়বচুদা থরদংদি চিংনবা পোকই অহুবু কররা ওইথোকপগে। মমাদা অমুক হংগদবন্সু ইকাইরে। মমানন্সু মহাক্না শাওবচুদা অমুক হন্না হৌদোরক্তরে। মমানা শারকপা বারিছ লোইবা কাওবদং তারগা মাই য়াদে হায়রমগদবনি থগ্নকই। অতৈ অতৈ মীওই কয়াগী বারি মমানা হেক হেক ত্তরকপচুদা মথা তানিংদনা হেক হৌগংলকপনি। করে ওইনিংবা অমা ওইরসন্সু, তৌকম থংজবা য়োমিনা চিঠী অমত্তং থাগ্নগে হায়চুনা চে কলম পুথোক্লুনা ইরে।

## ম্রাজু,

মতম্না ঐগী মাংদা লেপ্লরে। ঐ হায়কম থঙলরে। মতম অহু লাক্লবরা? মতম অহু য়োরবরা? মতম অহু লোইরক্রা?

নংগী থদবগী শক্তিনা থম্মোইবু লৈতেংলে। নংগী অচিনবা অরুবা লৈরমগদ্রা হায়বহুদি থডদে অহুবু অচিনবা কনমক লৈ-রবসু চিঠি সিমত্তংদি নডোন্দা থাগ্রবনি। ঐনসু হান্না হায়-ব্রবহুনি অহুগা মংনসু নোংমা হায়গ্রবা—"নহাক থাজবা য়ারবী নীডোলনি" করি থদ্রি, নংগী অপাম্বা অমুক্তং কোংদোরকউ। ঐ লৈতাকম থডদরে। অহুবু কাগ্রবা ঈশৈ অহুগী সুরদি কাও-ডমদনা লৈরি, মমি শামত্রি, ময়েক মাংত্রি। নংগী বাথলগী মতুংইদা নহাক্না তৌনিংবা থবক তৌরকপদা ঐহাক্না কৈদৌ-ডৈদসু অপনবা পীরোই।

নহাক্কী—
রোমনী।

চিঠি ইবা লোইরে। পীক্না পুপচিন্দুনা এনভেলবক্তা হান-জিনলে। হয়েং থাদগে নিংহুনা কমুংদা অমুক চংহুনা হিদ্রে। হিপচবদনি তুমবুদি কদাইদগী য়াগনগে। তুংগী পুন্সিনা করি ওইগদগে হায়বহুদি কনানসু হায়রুবা তারুবা ডমদে।

× × × × × ×

কলকত্তাদদি। য়াম্নুগী থবক্তা য়াম্না চেকশিনবা, হৈশিংবা উবদা ডাক্তর অটৈনা য়াম্না পাগৎলি। মরুওইবা ডাঃ কাত্তীনা মহাকপু য়াম্না লুনা তৌই। কন্নিগুবা অরুবা থবক অমা তৌরমদাইদা য়াম্নুগা হেক হেক তাদৈ। এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ পাস তৌরবা মতুংদা হাউস সার্জন ওইদুনা লৈবনি। হৌজিক্তি চহি অমা কারে। মনিপুর থোরগে হায়দুনা ডাঃ কাত্তিনা হায়-

জবদা হয়াও হয়ায় য়াবিরে। অদুবু ডাঃ কান্তিনা চাক চায়া অমত্তংদি চাথিরসি, হুথিং থরদং নৈদ্রে হায়বদা য়াজুম য়াদবা ঙমদহুনা য়াবে। ডাইহাক মায়ী শান্নগা মন্নকপদা মাগী টেবল মথক্তা চিঠি অমা নৈবত উরে। মহুৎলোমগী পাওনি থনবদা থরদংদি হুংডাইবা পোকই অদুবু পাইখংজনা য়েংনুবদদি য়োসীনা থারকপা ওইরম্রে। ফাজোকনা পাবদা য়াজু কোকচাওবী কাথরে। চিঠী পানা পানা মীৎ তন্দন পাইরক্রে। মহাক থাজক্লে, নুংহোংদোরম্মনি হায়বসিদা য়াম্মু জোকম থংত্রে, মাথল কুপ্পংনরক্রে। হৌরবা থোদোক কয়া মীৎমাংদা পরেং শানা উরক্রে। ঙসিমক মনিপুর থোক্কনা মাগী মনাক ডায়া চেননিংলে। মহাক্না শাগৎচক্কবা কুয়া অদু মংলানগী কুয়া ওইহনা তোক্কগত্রা চিংনরক্রে। নিংজরবা পূরমক কোয়ো ময়েক্কা য়েবদা নোংদোল লিক্লানা তারকথিবগুম ডাকগগদরা থরক্রে।

থম্মোইবু চেৎশিন্না পুনশিনবা লিপুন অদু থংহোদনা নাম্বোক্কগদরা মীপাইরক্রে হয়েংমক মনিপুর থোক্লগে লেপ্রে। পাওসি তাবদা ডাঃ কান্তি ইচক ওক্রে। করিগী অদুক থুনা চৎকদোরিবনো হংবদা য়াজুনা য়ুমদগী পাও অথুবা অমা লাকই, চত্তবা য়াজে হায়রকই। য়াজুগী থাবা য়ারোইদোবা মত্তোমদু উবদা হায়রকই—করে নহাক্না থোক্কবা য়াদে হায়বদি থোকবো অদুগা নংগা বারি শাগদবা থরদি নৈ, ঙসিদি হায়রয়োই। লোংবা ঐনা দরকার ওইরকপা মতমদা নহাকপু কৌরকনি মতমদুদা নহাক শোইদনা লাকদবনি। ডাঃ কান্তিনা য়াম্নবু অরেম্বদা

"নাই হেক ভাবগা লাকচগদৌবনি" নোক্লহুনা য়াজুনা হায়রকই।

দেবেনবু অমুকুং উন্নশি ঐ লাক্লম্মী হায়বিয়ু।..................

অদুদি ইমা "ঐ অমুক য়েৌক্কবগে" হায়রন্নগা লাক্লে।

দেবেন লৈরমক্রবহুদা য়োসিংহোয়গী যুম ভান্না লাক্লে। শরুক্কী য়েংবদা কনামক্কাও উদে। কনা কুইনা কোইচৎ চত্তুনা য়েংলে অদুক্কাও কনামত্তা থোক্লক্তে। মাদি ঐ লাকই হায়বা খজলমলোই নিংহুনা সাইকলদু পাইরগা অমুক অনিয়ক দং দং লাওনা লৈবাক্তা খাদরে। মখোলদি কনা শান্না থোকক্লে অদু ক্কাওবা থোরক্ত্বহুদদি চংলগে হায়হুনা সাইকল মমাই লৈথোরকপদা দুপী অমত্তক মখোয়গী রাপন ময়াদ কোন কোংহুনা লৈরিবদু উরে। খরদং চংশিন্দুনা য়েংলুবদা খংলে মহাক্তি। ঐনা খাদখিবা সাইকল মখোলদু ভাবদা মমায় লৈথোক্ত্বনা য়েংহুনা লৈরম্রে। ঐবু উবদা কোরকই—"কয়াম কুইরে লাকপা"

—কনা কুইরে, খরদং চংশিল্লগা হায়রুই "কয়ম ভোরে" মহাকমু খরদং চংশিলক্লে।

—হেক পুংলবগা নংগী মাক্তা লাকইসিনি, কম্রি খল্লি, ইমাহোয়রনবু কম্রি হায়গে?

—কম্নিদু হায়দে।

—কম্নিদু হায়দে! বা লোৎলে।

—লোক্কে।

—অদুদি..........................

—ঐনা য়াত্রবদি ইমা হোয়না কম্রিগুবা থবক অমত্তা তৌবা

ভমলোই।

—মরমদি

—মরম হায়ববু য়াম্না লৈবে।

ভাইহোকং খক্তানরগা রাজুনা হায়রকই 'চৎলসিরা'

—কদাইদা!

—যুনদা

হন্সক্তি য়োসী খুম্বক্তরে।

রাজুনা অমুক তকশিন্নুই—"করি হায়রিবো?"

"ভাইখো" রাজুবু য়েংলগা হায়রকই"—ভাইগো মতম লৈরি"

তাকাসিদা সোরোজিনিনা চাকশংনগী লাওরকই "হৌচে ইমানা কৌরি" খোসনী লাকএ লাকএ হায়না খুম্মী অহুগা রাজু য়েংলদুনা হায় "ঐহাক চংলগে"

\+ \+ \+ \+ \+ \+

সুম য়৷বগা কী হোংদোকুনা কয়ুদা চংগে হেক তৌবগা রজনীনা চাকশংদগী কৌরকই—"রাজু সিদা অযুক্ত লাকখো"

মমানা কৌবহু তারদুনা চাকশং তাম্না লাক্লে। মমাগী মাংদা লেপদুনা হায়—করি হায়গে ইমা?"

—কম্মু, মা অমতা তানন্সি।

করিমত্তা খল্লুবা তৌদনা মমাগী মনাক্তা কমখনে অহুগা চিংনা হাল্লুই—"করি বাবো?"

—হৌজিক্তি নংগী নহে ভমহু লোইরে। খবকসু তৌরনি, তৌরকস্তরনি। খল্লুনা য়েংউ—ঐহাকসু অহল ওইখিলরে, ইমুংগী

থবক থুদিংমক ঐগনভা পুবসি নবু য়েংবা সুংঙাইবিরা ?

মমানা হায়রিবা বহু চুপী অহুবু মঙোন্দা হেক হংজিন-কপহুদদি থুমকম খঙদনা ভুমিন লৈরে।

—চুপী অমা থিনবা ঙৌয়সি। হৌজিক্তি নহাকসু অঙাং নত্তরে। চুপীহুসু হায়না শিংনবা লোইরবনি য়াম্না কৈ অহুবু নহারা। য়াদনদি ইনানা করিনম্তা ঙৌবা ঙম্মোইদৌরি। করি থল্লি, ঙম্মোই চায়রিবরা ?

মমৈ মকোক খৎপা থানাগী বাহংদো রাজুনা হংজিলক্লে। করি থল্লি, করি থুম্নী হায়কম খঙদে, হমাং কারকএ। মমাগী মনাক্তা ভাইহাক্তা কাওবা কন্নীলক্তরে। করিগুংগী থোকচরকবনো হেক য়োরে। রাজুগী চরাং থোইরাংনবা মতোহু উরহুনা রজনীনা হায়রকই—'ঙম্মোই ঙ য়রিবরা ? চুপী থিরগা নঙোন্দা করিপু কাইসদোবা লৈতে।"

রাজুনা কন্নমবদগী হৌগত্তুনা কোক থোৎলা থোৎলহুনা জ্ঞান মেন অমত্তা ভাদনা হায়রকই অঙক গুজিন্নকইসিবু করিগীনো ?

—"গুজিন্নবা য়াদবনি" থোক্লেল থজিক্তং কত্তরা রজনীনা হায়রকই

—করিগী !

—মীনা য়াম্না হায়রৈ, য়াম্না ভমী, ইংই। থেংথরবদি কাং-হৌরোইদৌরিবা শোথাংনবা হায়রকই।

—হৌজিকমক্তি।

—লেবেন্দসু নংগী পাও হংলবনি।

খঙলিয়রিসে, লোম্বুনমু কানয়োইদা।

—করি পাওনোনে! অশেংনমক ঐদি খঙদে।

—লোৎলিবহ্ কায়রোইদা।

—করিনো দেবেন? নং ঐঙোন্দা লক্খিগ্রা?

—ঐঙোন্দা অমুক শাওরকইসিবু করিনো?

—শাওদবদি।

দেবেন্না হৈদি দিনা নোক্লুনা হায়রকই—"নংগী মুহোংবগী হুংঙাইবা পাওনিনে"

—লু হাংবা! কনাগী?

—নংগী।

—ঐগী!

—উম, তামাংদ পুংলবনিনা নংদি খলমলোই।

—পাও তথজগে হৈংথরো।

নোংমা পাবুং লাক্লুনা ঐবু কৌরৈ। নহাকমু লৈতবনিনা ঐ থরদি চিংদৈ। অহুবু কী লেৎচিন্নগা পাবুংগা ঐগা ছুংথ মাংথ লোকখিন্নরে। দবেন চৎনা চৎনা পাবুংনা হৌদোক্লকই—দেবেন ঐ নঙোন্দা মা অমত্তা হংগে হায়দুনা, লাকপনি নংগা মাজুগদি মান্না নুনা তিন্নবা মক্লীদো। নংদি থংলিনি হায়বা মাজুগী মাথলসে।

মখানা মতোমতগা লোকপনিনা অহোন্না নুনা তৌঠে। মহাকী তাকন তথমু লোইশিলকদোরেদো। মখানদি হেক্ক লোকলকপদা নুহোংবিদ্রসি হায়রিরে। মসিদা মাগী মোত কারি

—শোয়ত্রব্রা দেবেন ?

—শোয়ত্রে, করিমগা বাবিকয়হু ।

—অহুদি মা লেপ্পগে, ক্যুলেনগী নিনি পানবদা থুহোংবা ।

—করে ।

অসিভা থংগে হায়রুবা ইপানা মংবু কৌবনি । হৌজিক্তি অরেম্বা অমা থঙলবনীনা ইপা চৎপ্রগে । পাবুংগা ঐগা ভাইহাক বাল্লি শারগা কায়নরে ।

থুংভাইবা বারিহ্রদা য়াভুদি ভাইহাক যুমুমমালে । 'হৌজিক্তি নং লুহোংবসি য়ানিংইরোইদ্রে !" দেবেম্বা লক্ষুনা হায়রকপহুদা জ্ঞান থন্তা ভারকই ।

—রাজুন্ন হয়াওনা নোক্ত্রহুনা পুক্রকই—"হৌজিক্তি য়ানিংব্রে"

—"য়ানিংব্রবদি হায়দোকউরগে" অমুকন্ন লক্রকই ।

—হায়লোকপা ভাববদি অৈভদা হায়দোকপা য়াত্রে ।

—অহুদি কনাদা !

—মখাদা ।

—মথোম্ম অনিমক হৌনা থবাই ভানা নোকমিয়রে । দেবেম্বা কাপী ওইনা হায়রকই হোরেনদি চঙ্না হায়দোকউবা ভারিদনা ।

—উন, লবেন শেরামনিকো ।

—শেরাময়োই শেরাময়োই—দেবেম্বা নোক্ত্রগা পুক্রকই ।

মাপী হাক্কা রাজুদি মগ্গা কাহুনা য়াম্না হয়াওনা, ভানিংনা পুক্কিং চংনা ভারিবনি । রাজুনী মতৌহ্রা দেবেম্বা ইপি শিবহৈ নোক্কহুনা হায়রকই—"থুংশিবা মরুপ, ভাওহুনা চৎখিনিকো পুক্কিং

লুংঙাইমনবগী”

অশেংবনক মাস্তুগী খঙোই হয়াও লুংঙাইবগী ইথক ইশোম লৌরিবনি। অদুম্মা ওইশোকনি হায়বদি থাজরূদবনি। লুংঙাইবগী চাংনা হেনমন্নবদি মী ঙাওই হায়বশি চুম্বাক্রাংনি। মাংলুগী খঙোইনু লুংঙাইবগী পুংখোলদা জগোই শাগিবনি!

বাগি শাখদা ফনা মাম্মা খোংদোকরে। হেবেন চৎলগে হায়দুনা খোয়রক্লে।

হেবেন পিশোয়্রূরগা মাড়ুদো মাম্মা হয়াওনা কোয়োকপী উশে ওংদুনা চংলকই। ইথাসি ওহোক্র মচাগী বা খঙলেদকো থমুবদা লুংঙাইবা অমা পোকই। মায়া লুংশিরষবগী পকক চাম্বা হেম্মা লুংশিরকই। ইমাগী থাখল নৈবা, অদুগ তাবা মচাগী মওং মেংলগা থবক তৌবা অমিগীদবক চাওংখোকচবা পোকই। করি-গীনো খঙদে পুক্নিংসি ইথক লৌরকপগুম পহুংদা লুংঙইবা অমা পোকই। মথেক মাঙদবা উশেগী পুরংনা ওংল ওংলদুনা মাগী কাগোমদা চংলকই। মচাগী মতোংদা মজনীনা হয়াও মোমোন নোকুনা ইয়ুং চংখিবহু উকাগা হৌজিকদা ইকাইবা পোক্রকই। করিনো ঐনা তৌখিবহুবু, কাওদুম কাওখোকরে। ওহোক্রম্ভ কাওজল পিরেদা থজানরকই চিক্লবা কাত্থপা।

# তন্নানিথোইগুবা মতাং

পুন্সিসে সুম্না ওইরকনি হায়বা খাজকপবনি অহুবু ঙসিদি খম্মোইনা পামজবহুমক থুংলরেদো। মীওইনা পোক্লগা মীওইবগী পুন্সিদা কাওঙমদবা ময়েক থরদং খম্নবা মথোর অহুগী পুন্সিগী পুন্সিদি মতৌ মাল্লবনি।

—"করি খনবিন্নিবনো চিঙ্কা ইত্তোমত্তা"

—"খঙপ্রেক খংই, অহম অহাগা তৌরকপা হৌনৈ" রাজুনা নৈথোক্লগা হায়রকই।

—অহুক কুইনা বাখলদা উংলবদি কদাইদগী খঙলোইনো ? নত্তে করি বাখলবু খল্লিনো ? মীনা কৌবগাসে শুক্না তাদে।

—ইঃ মংবু কৌখিবরনে ? রাজুনা ঙকচাননা হায়রকই।

—অমুক অনিরোমত্তা নত্তে; মঙা তরুকলোম।

—"নংগী বাখল খল্লিদৌদা নংনা কৌবা তাহৌত্রে" রাজুনা নোক্লহুনা হায়রকই।

—"বাখলনা অমা মাখানা ঐতোন্দা" শুগংলহুনা হায়রকই—"ঙকচরেদকো"

—ঙকচবগা নত্তে, না অমা হায়গেসে।

—করি বাকো ?

—চাইহাতং খজানবগা রাজুনা হায়রকই—"মহাক নম দু চংপা থোংপাদি পামদবা"

য়াম্না অরুবা য়াকা হায়রকপৌবা মাগ্নি অহ্নগা লম চৎপগী বা ওইরবদা নোঙ্গছনা হায়রকই—"ঐহ কি য়াম্না পান্মীৱু"

—অওইবয়নে ?

—অশোংনবক।

—ঐহাক্তি লবাই থবাইদা থবক ভৌবনা হেন্না পান্মী।

—মরমদি।

—মরম হায়রবু লবাই থবাইদদি ডাক্তর মণ্ডিক চানা কাগে। নিংথি মুংঙাইবা হোসপীটাল লৈতে। ঐদি মখোয়গী মতোং পাংবনা পুন্সিসে মহৈ য়ানবা ঙমগনি থাক্তে। হোসপীটাল লৈতবা লমদা অমতংদি শানিংই।

য়োমৌনা হৌনা থবাইনা তাবা মীনোক অমা নোঙ্গছনা হায়রকই—'নহাকপু অহ্নমা থনত্রা ?

—থদ্রি।

লংলবা য়াতোম্বু ঊৎমুনা হয়াওনা খোক্তেল হৌনা অমুকপু লোঙ্গনা হায়রকই—"ঐদি মহানমথৈ থহদে, ঐনা পামজবন্থম নহাক্না ভৌরম্নে"

—অওইবয়ো।

অশোংবমক। নোকমীৱগা য়োমৌনা হায়রকই 'ঐনা পামবন্থমক'

—হোয়নে ঐনা মথাংতৈদা............।

—করি!

—নংগী চৌপিক অমথক ৰ্কবেলদা থেংনবিনে।

রাজুনা খোংজিল হেক কাখোক্লকপগা রোমনীবু য়েংলদুনা হায়রকই "খোঙ লোমশিনহৌরো"

নুংহোংবগী মুংঙাইবা অহিং অদো মপুং কাদনা রাজু তম্না তম্না মপান পোয়রক্লে। তঙ্গা মখা অহিং নত্তে, নোংদোল অতিয়াদা পানথংলকপা থাজনমু মপুং কানা ঙাখোইরম্মী।

× × × × × × ×

\+ + + + + + +

অয়ুক্পি।

রোমনীখোয়গী চুরী ময়াদ চুপা অমথক লেপ্তুনা ইয়ুং অসিগী মী খোক্লকপবা হায়দুনা কোয়েং য়েংলি ঙাক্তাসিমকদা য়েনথারোমদগী রাজুনা খোক্লকপগা মপা চায়রক্লে। কুইনা উংক্লবা মকপু উরদা হয়াওবা উত্তুনা হায়রকই—"ইথা থাজনা লেংবিরক্লেদা" তৌবিমল থংবা উৎচগে লাকইনি। মকপা হোং-নবিদুনা হৌজিক্তি অনাবম্মু করে। চুপাদুনা থাগৎপগা লোয়ননা হায়রকই।

করথা অনাবনোনে? রাজুনা ঙক্না হংলকই।

—অবোকপুনে, নোংমা অহিংদা লাক্তুনা য়েংবিরম্মী হায়-বদো। ঐখোয় নত্তেনা ওখোক্লা থাগৎলকয়ে।

—ওহো! মকপকী অবোক ওইরেকো। চুংঙাইবগী থক মগী অমা হোয়দুনা রাজুনা হায়রকই—নহাক হায়বদি ঐবু কৌবা লাকপদু নত্রা?

—মাদি।

—ই: ইশৈগা ভাবিরম্লীবোইরে ঈশৈদা য়াম্না থরাই য়াও-রিজাং ওইরে।

—"মুংডাইবা ঈশৈগী মুরনা মীযু ডাওহনবনি কাওগনু"

চৌক্রিদগী মশাহ্ রাজুরোমদা পুমৈদ নৈশিন্নগা হায়রকই। রাজুনা মাগী তুংদা লেপ্লী।

—অহুদি নংভা নত্তেদা।

—নংমু।

—নংমু কাইনা, ঐভোম্ববু নং নং হাবনে।

—হায়জররোই। মমিৎনা নোক্লহনা রাজুবু য়েংলগা হায়-রকই—"হায়জররোইয়ে"

—কৈ, কৈ

—হৌজিক_লাকপা মুপাহুবু কনানো? মশঙ্ক উৎগুমদি ভোরে।

—মেমচাগী মবুংনে। উকিলনি, নহানমথৈ সিদ লৈতে।

—হায়বা মেমচাগী মবুং ওইরে। মশক য়াম্না ওম্নরেনা। ঐদি গুকথংবু খাংজদরে।

ফক্লাং ঘরিনা ক্রিং ক্রিং বিংলকপদা থঙপ্রেক থঙনা রাজু-না হায়রকই—"পুং কয়া ভারে"

—মাপল হেত্রে।

—চাক লোইরবরো?

—লোইবা কুইরেনা। চাবিনবা লৈতহুনা চাবিতবতা ভাইরবা

—চংলসি।

ছুংথ মাংথ চাকথং তাম্না লাকখিরে।

চৎনা চৎনা রাজুনা খঙলগা হায়রকই—"হয়েংদি নোং-মাইথিংনি, মানা অমথং য়েংলুসিন্না ?"

—করি মামানো ?

—থাইবগী থোকথবা থৌদোকশিংগী সুংশিন্না বারি। য়েংনিংজবে নাবু ?

—অহুভবা ফুৈমজ্বনে ঐনা থাইদগী য়েংনিংলিব। ছুংলোয়দা খিজং দৈগোঞ্জগা নোককেৎ ভোনা হায়রকই।

—অভৈবা ?

—থাজেশেংনবক

—কয়েনে অহুদি, য়েংউবা তারেদনা

—উম, ওগৎলম্লগা চেনশিনবে ।

রাজুহ নোমা নোমা মচুং ইমহনা চাক চাবা চংলক্লে]

# তরাহুমদোইগুবা মতাং

রাজুহোইগী ইমুং হয়াওবগী ঈথক ইপোম ঈহৌখি। লুংঙাইবগী মুমনা মাইকৈ খুদিংমক নিল্লি। মকালাম্লবা রাখলনা খমোইবু ময়েক শেংহল্লি। ইমুংহুগী মীওই খুদিংমক্তা মথুক তপ্পবা তুরেলগী ঈচেলগুম্না হয়াও হয়াও চেঙখিল্লি। অদুবু অসিগুবা হয়াও লুংঙাইগী পুংখোল মুম অসিনা মতম অমদা মখি শামখিদুনা অবা তুরৈ চনগনি হায়বদুদি কনানমু হায়বা ঙমদোই।

মচানা অকাওবা অচৌবা ডাক্তর অমা ওইবদা হয়াও-রোইদবা মমা মপা লৈতে। অদুগী মথক্তা মশামক্তা পামজনা থিজরবা মমৈ, মচে মশিংদা শক্ত চুদা করিমত্তা তাংত্রবা মচা অদুগীদমু থবাই ওইরিবা অদুগুবা পেম্নবগী মুংদ তাওখরিবা ঈচেল অদো কয়মনো থিংলুগদবা। অদুবু হায়বদি ঙমদে, লুংচাই য়াইকনা অরবা তাংবলগা শাগোরদুনা লৈরিবা মথেক মচাল অদুনা থঙহৌদনা মাংখিদুনা ঙসিনা চাক্লিবা ওইরম্লিবা।

লুংশাগী য়াল্লবা মচাল অসিদদি মীৎ কাওবা পাংখোক-নিজ্রবতাংনি। মুংশা শাগৎলক্লবনিনা চাবা থকপহু নিংথম থাও-রদি ওইরে। মুংথিলগী পুং অহমদি হেক্কে, মখিদি তাকাড্ডি। ডাক্তর য়াজু মুদা হমক্লমা। ইমুংহু মী কনামকাও লৈবা উদে।

সিংহজিৎ মতোমগুদি মাঙোলদা ফঙ্লম্মী।

সিংহজিৎকী বাসি ইপন পনখিত্রগাগে 'অমুকন্থু পনত্রবদি পাবিগ্নিবশিংনা শোইদনা কারোরগনি। রোসনী মচে দিগুরা লৈত্রবা মতুংদা অঙাং অসি অতোপ্পীনা য়োক্লবদি শুংঙাইররোই খন্দুনা রোসনী মমানা লোক্লবনি। অঙাং অচৌবী মপানদি করা পীনিং-থিদে অদুগা অতোপ্পী অহনদি পুথিনবা হায়রকই। রোসনীনা মচুম পালক্লবদা মখোয়গী ইমুংদা অঙাং শুবী অমত্তা লৈতবগা সিংহজিৎপু মমাদা য়োকচরগে হায়বদগী রোসিনা য়োকখিবনি। হৌজিক্তি সিংহজিৎ পুংকক চাওরে।

মতোমতা মাঙোলদা ফঙ্লবহু উরক্লুনা রাজুনা কৌরকই —
'সিংহজিৎ, নঙোমচাহোইদি লাক্লি বরা ?

ইমাহোইশু অমত্তা উদেনা।

—ইঙোমচানি হন্নক্তি।

তাপ্পাসিদা রজনী চংলকই। রাজু উবদা হায়রকই —'ঙসিদি থোমীদো খরা থেংনা হন্নকনি হায়রম্মী"

— করিগী.না ?

—থবক অমা চংকদবা লৈদে হায়রম্মী অদুগা মখোয় মুপী শিংগী করিনোম্মা শিংখৎকনি হায়রত্রা অদুগীশু মখোয় ওজা ময়াম করি করিনো য়াম্রা থম লৈনখিবনি।

"ডাইহাক লৈরগা লাকচরনি" হায়রক্লুনা রাজুশু মফি মরোল হোংথোক্লগা অয়াম চৌক্লিদা কমঙ্লুনা ডাইহাতং পোথারে। করিনোম্মা য়াম্মা করা থনবগুম তোই। থোইদোক্লা হয়াওবগী

মথি মাইথোংদদি তাদে। মথুত্তমু হিদাকী কেতলোক অমা পাইরি। মহ্ পাবোই করিওইমু তোই, তশেংনমক পাব্রা হায়-বহ্নদি পাদে।

'কয়াম কুইরে লাকপা' য়োসনীনা তুংলোমদগী মাগী লেং-বাল পাইরুনা হায়রকই।

য়াজুমু থঙবোই করিওই হকচাংহ্ চোংথংলপ তৌনা তুং-লোমদা থজিকং নৈথোক্লগা হায়রকই–

"ভাইহাক ওইরে"

—ইমা'বেম্মদা ঐবু হংই হায়বনু করিগীনো?

অরুবা য়াকা তানগদবা নৈত্রো?

—থোইদোকপা নৈতে।

—অহ্নদি..................

—ঐগী চে অমথক লাকএ।

ক-াগী! করিগী চেনো?

কলকত্তা মেডিকেল কলেজগী সঙ্কনুনা থারকপনি। অনাবগী মরমদা বা থন্না তানগদবা নৈরমাগে।

—চংশীবদা তারেবে। য়োসনীনা তুংলোমদগী য়াজুগী মকোক্ত পাইবোই করিওই থত্তোক থশিন শায় শায়না হায়রকই।

চত্তবা য়ারিবরনে?

—কৈদৌউ চংশীবদা তারে।

—কুইত্রে, লাক্লীবা তাং তরুতনি

—অহ্নদি ওসি তম্নানিয়োমদা তাইরেনো!

—উম।

অমুক্তং থর চনিং তানা হোল্লগা রাজুনা চিংলেম্না হায়-রকই—"পুন্সি অসিদি থবক্না নীক থল্লগা হেন্না মপুং থাবা পুন্সি অমা ওইগদৌরিবনি। নত্রনে য়োসী?

অহুনবু ঐন্দু............অহুদা মীশিংসে কাহেন্না থুংভাই-খোকপা পাম্মীদা।

অহুনবু জ্ঞান তাদবনিনা লাইররিবনিনে ইরৈবাকসে, জ্ঞানবু তারবদি করিগী মীমাম্নবা ওংখোইদৌরিবনে? করে সিগী রাসি ভোক্লসি। নংগী করি করি লৈরকউগে? অপাম্বা পোৎ অমত্তংদি হায়রকউদনা।

করিন্নু লৈবিরকপ্পু।

—হেন্না অমত্তংদি হায়য়ু।

—নংনা পাম্বা অমা তেক্না য়াইদা। রাজুগী মাইখোংবা চীংলেম্না য়েংলগা নোকমীরহুনা হায়রকই।

—করেনে, নংনা হায়বত্র য়ারে। অদো নংগী করি করি থবক্তি লৈরি। ইমুংগী থবকা লোইশিল্লবত্রো?

—লোইশিল্লে, অথাইবা শীং থরদি লৈতরিয়ে।

—থাইদোক্লম্লগে, শিংজং অমুক্তা পুথোরকউ।

—ঐনা থাইগে তৌরম্ববনে, শিংজং মপাম্বা লৈরে

—পাঙ্গল য়াম্না কনবিরিপোৎনিনে।

—পাঙ্গল কনবগী বা নত্তেদা। নোক্লগা হায়রকই—থাই-বিনিংভাই লৈতে থম্না চথোকখিবা মীবু হনজিলকপা তাইহুনা

শুম লৈবা তারিনে, অশুম্বু ওইরবদি তোগদবনি ঐগী য়াখলদি।

—ইমা মানলক্লেদা।

—করম্না!

—নোংমা ইমানা, ঐনা অভাং ওইরিবৈভদা হাইহন্নমক হায়খি।

—অহুগী ওইরে নোক্লকই।

—নংগুম্বী মুপী ভাকপা ওইরদিনে……………

য়াজুনা হায়বা লোইকাৎত্রিবভেদা রোসনীনা ময়ক থত্তুনা হায়রকই—"ঐভোন্দগী হেনবা অশুক য়াম্না লৈরিসিদি। হায়না হায়না রোসিদি ইমুংলোনদা চংলে।

মহাক্না চৎখিবা মাইকৈহু মীৎ কুপ্তুনা য়েংলুবগা য়াজু হায়-ফেতুং নোকখি অহুদগী তপ্না তপ্না মাই লৈশিল্লকুনা শংঙোই তাম্না লাক্লে। হাম্না পুথোক্তুনা লৈরব্রবা শীংজং অহু পাইহুনা শীং থাইননবা শেম শারক্লে।

# তন্নামরিশুবা মতাং

কালেন থানি। তুংশা ফনা ম্নাঙা হায়গংলে। তুংশা শাবসিদা থক্তিকুং চংলুবদা হল্লকপদা তপ হেক্তা তাই হকচাংসি ইংতেক তেকই। রাজুন্না থবক অমা চংলুবদগী তান্নহ্ননা মাগী কাদা কেন থাগত্তুনা হকচিক লাংনা লৈরি। মোন ময়াদা লৈরিবা জর্নেল অমা পাইথকুনা পাবোঃই য়েংবোই তৌরম্বদগী মথুত্তা পাইরম্মীবা জর্নেলঙ্‌ মখবাক্তা থন্নগা তুমথরে।

য়োসনীনা চাকথুনদগী খোক্রুকপদা রাজুনা মাগী ফমুংদা তুমহন্না লৈরিবন্ত উরে। ডসিদি মোংমাইজিংগা ওইরে ওফিস কাগদবন্ন লৈত্তে হায়হন্না ফীরোল থরা ও চান্নুবদগী চাকন্ন খেংদোকখ্রে। থবক চংলুবগী মাহ্ননা তৌরমাদে থন্দুনা অমুক হৌদোক্নবা তৌদনা চাক লোইশিন্নবা হোৎনরক্রে। চাকপাও তাকপা অমুক খোক্রুকপদা রাজু মখিৎ পাংলহন্না লৈরম্লে। য়োসীনা হায়রকই "চাক লোইরে"

— করি য়েক্কাংনো ?

—মহাক্না চানিংখদো।

—হৈরেনে ঐনা চানিংবা য়েক্কাংগা থম্মোকপা

—হৈরে, হৈরে। য়োসনীনা নোক্লহন্না হায়রকই।

—অহুদি, মা অমা হায়গে চংশিন্নকউ

—করি হানো !

—ঐগী নাক্তা কম্মু হায়গে

—হুম, তল্লি, করিনো হায়গদবছু হায়রো।

—য়াম্না লোম্না হায়গে

—কংখা ভরোনবা বাকস্রো ঐঙোন্দা হায়গদৌরিবা চিংনবা হংলকই।

—য়াম্না লোম্না··: ···· ··· ··· ··· ··· ··· ··· ···

—হাইবা ! পাইরকনো, ঐদি অশেংবনে।

—মীনা কম্মু হায়বদি য়াক্রগা

কংগ্রেস মাকুগী নাকা লৈরিবা চৌক্রিংদা তেক হেক কযথরৈ

—রাজুনা ওদাগী কমু'দা ফিগুনা লৈরি। হায়রকই—'ঐনা চক্রি তৈগী মমাংদা লম ভু থরা .ক.ইরুশি।

—করি লম্না।

—অথাম্বদি নঙোনা

—লরাই থরাই শিন পুংনা কোইরুশি : মনিপুরগী মনুংদগী ঐখোয়না চত্তবা লম ভু য়াম্না লৈরিপোংনিদা।

—উম, চত্নুসি। অদুগু কনা কনানো চংঙ্গ:ইবো ?

—ঐনে, নহনে, চাওবনে।

—চাওবদি করিগী

—পাম্বা কাম থৌরোইনে।

—ভয়ো অছুদি।

—করিগী !

—মী মতম মাংননবা... ... ... .. ... ।

—ওকচরেদা নংনা হায়রিসিদি ঐ আইচন্ন ওইরো সিনিনে।

—ওইনিংঙ্গা ঐ ওইগে, খাওয়াংননা হায়রকই।

—ওইবিদু ওইবিদু। নংগী আইচন ওইনবদি হাদেয়ে নংনবু ইনাখা কপ্লিবৈ অবাব: লৈতেরে।

—কমত্রদি

—হায়কম থংদে থাকেয়ে। লুহোংবা নৌরিবৈগী ঐনা মতেক থরা নাখিবদো মতা লুংতাইবে।

—লুংতাইরিনি

—মতমচুপদি অনৌবা ইথকপু হৌরিদনা, অনৌবা থাখলপু খল্লিদনা। খন্দুনা য়েংউ হায়বা নংগী অমোনবা খুত্তুনা ঐগী লাইবক্তা তপ্না তপ্না নাল্লদনকা মুমিংচুপ্না ইনাকগী হেন্দোক্তনকা সেবা তৌখিবদো।

তানিংদেসে নংদি অচুম্বা তাক্তা হেক নিংশিংচুনা লৈরদনা।

—নিংশিংলগা লুংতাইরে। নিংশিং ঈহৌদি নহক্কে।

—ঐহাক লৈত্রদি

—থাংকম থত্তলোই

—অহু তাইরে।

—অহু তাইরে নাত্ত... ... ... ...

—সে হৌগথলো কাম্নদবা তাক্তা হেক নিংশিংলদনা হাং-রম্পা য়োসিদি ইমুংতা চংবে।

\+ + + + + + + +

তুমিং কয়ানিরোম হৌখ্রে। মাতুগী চংকদবা তুমিং অহুম্ য়ৌশিলক্রে। ঙসি চংকদবনি। মাতুগী মমাদি মচবু শুকচং চংথোকহল্লোংদে য়া'রবদি চংলুবগুদা হায়রিবনি অহুবু চত্তবা য়াদবনিনা চংলমদাই য়ৌশিলক্রে। মোমনী মখং মহা তুংতাইতে তায়তন খম্মোইদা চিংনবা অনদি পোকই। অহুবু ঈশ্বরদা চেংনা মপুরোইবগীদমক মঙ্গলদি নিঙরি চংলমদাইগী যাত্রা তৌরক্রে। হেক য়ৌবগ চিঠি থারকনি হায়রম্লগা কলকত্তাগীদমক খোঙ লাক্লোর'ক্র।

এংরেম্রোম য়ৌরে। তুমিং কয়ানি লৈরকখগে হায়বহুদি অরেম্মা খঙদে অহুবু মাঙ্গিমচৈখ পুনা লাকেদি থক্লি। অহুম ওই-নমক অমা অয়েক য়াওদনা', নকোক কাওবা চিংকনা লৈরম্মু-ক্কো থমা পুক্লিংদা বিদায পীরম্মে। প্রেম তোংথংলে, যুগলোমগী মাইকৈরোমদা ওন্দুনা আশীর্বাদ পীরম্লগা কলকাত্তাগীদমক চংলে।

ঐগী লাইবক্তা কয়ি তম্লীগবা হায়বসি কনানম্ হায়বা ঙমদে। মসিবু খঙলবদি মীওইবনা মাল্লিবগী মরম লৈরমলোইদবনি। কনানা খঙনি, অমুক চেকশিন্না তুংলবা মুগী অসিবু তিমা চার-ক্তুনা তেকখরক্নি হায়বদি। অসিগুম্বা ইথৈ অসিনা নোংমদি খাংঙমদবা লৈচাক অমা ওইরগনি হায়বহুদি কনানা হায়বা ঙম্লগনি মাখুনা চংখিবা ঙসি হমনি য়োম শুরে। অহুবু হৌজিক কাওবা পাওদি অমত্তা খঙহন্নবি। চিঠি অমকাও থারক্লি, হেক য়ৌবগী থারকনি হায়রমখনি অহুবু কৈদৌরবা। মং হাগা তুংতাইতবদে মোমনী পুক্লিংদা মওম মওম খঙিম্লক্রে। মীৎ চোংবা পাখোম

চোংবা মতোম্দা পংনা থোক্তে অহুবু ওসিদি করিগীনো পাবোমমু অঙকপা খংন চোংঙে। য়েংউবা থুদিংমক ইমম মমশিংনা উরক্লে, তেক কাইরবা ফিতথ ওাকা মাংগী মীংথম্না ইরে। থাখলবরা নত্রগা করিনকো রোসনী থনকম থওজিলক্লে, অঃন মমশিংনক্লে। নহানমথৈ নৈপাম্পা মকা লাম্না শাংলবা শীঙেলনা ওসিদি মহাকপু উবদা অবাবগী শক্লোন লৌনা মশোল থুইথরে। ফুংডিগী মালি-কাদা তোংলবা থোইমু অহু মহৌশাঙুম পাইরক্তরে ওসিগী মংহুবু করি ম নোনে, থুদোংথিব' য়াওরবাজাংলানে পুক্লিংদা চিং-নবনা নৈতা ওমদে কত্ত সুপা থোকহনবাগগুবে। ঈশ্বরনা লাই-মিংজরকই। ফুংডিগী থোংলবা উংচক্লা ওসিদি থোবাং কাইনা থোংলক্লে। অতিয়া পুম্বা ওক্লা মমশিংনকপগুন উরক্লে ইম! করি মতৌনো কাক্লা অপুক লাক্লা থোংবদি অমুকতমু থেংনথিজিনা রোসনী থাখল চোইরবগুম তৌরক্লে। অসিগুম্বা অমঙলগী শকমদি অমুকতমু থেংনথিজি।

"রোসনী, কৈদৌরিগে নংবু"? মকনীনা কৌরকপদা মাইথোং লুক্লা নৈরবদগী থজিত্তং হায়রগংলগা নৈথোরকই।

মথৌগী মনাওা চন্দিন্দুমঃ মাইথোং মকশিম্না হায়রকই "রোসী, ওসিদি করিনো থলহৈদবা বা ওাকা থমকই। পুক্লিংসিদু থুইহাওা ইংনা নৈবা ওমদে। মহৌশাগা মানদবা মওং ওাকা ওইনা তৌই। মাহুবু কৈদৌরবনো তৌজিক কাওবা চিঠি অমতা থারক্লিবসিবু ?

—থওদে ইমাঁ থেম্মা, থুদোংথিবসা থোক্লবজাংলা?

মং হাপ্পু য়াম্না তুংস্তাইতে, য়োসীগী মীৎমুদা ইম্না চেলক্লে।

চৎলমদাইদদি হেক য়েংবগা পাও পীরকনি হায়রবনি। কম্রিগু তৌরবনো? রজনীশু য়োসিগী মনাক্তা তুম্মংনবা লৈরে। বা অমত্তা ঙা নখিত্রে। কা অতুদা মী অনিদি লৈ হায়রবু উন য়াইমুক চিকখ্রে, চেক খোক লাওখাত্রে। পুকণথিবা মাইংখোংদো কনামত্তম্বু হন্না য়েংখৎলক্কে। অমগা অমগা শক খঙনদবগুম তুমিন য়েংনবদগী হেন্দে। মরোপ খোঙবগুম, চেদা য়েকপা লাইগুম মচি লেংদে।

ভাক্তাসিদা রাজুগী মপানা খবর অমা পাইরক্লুনা ময়াইবক্তা খুতুম গুরক্লুনা চেন্‌শিলক্লে। রজনীনা ইকিং-কিংনা কন্নবদগী কুক লাওনা হৌগত্লুনা হায়রকই—"কৈদৌরবগে"

রাজুগী মপাদু মপী ঈরা চেলক্লে। ময়াইবক্তা মথুংনা হন্না হন্না গুরক্লুনা হায়রকই "প্লেন এসিদেন্ট" মখা তারকখিত্রে।

প্লেন এসিডেন্ট ইমা! খঙলাও লাওনা হায়রম্লগা রজনীগী মভক কোম্বুনা হিক্লা হিক্লা কপখ্রে। ইমা, ঐবু করি ওইরসিগে, হে ঈশ্বর ঐবু অতক নৌনা খুদ্মা ওইহু তম্লরবা, ইপুরোইবনা ঐবু হৎলোক্লমক্লুনা চৎখ্রবা! সুমৎতংগী তুংশি লিপুম্না চেৎনা পুনবা চহি অমা কাওবা ফাওরি। শীতেন লৈরাং কুমনাইদবী তেক্লা তারি ওসিকাও। অহুবু কদায়, তুংশিবা নদি কদায়। ঐগী ইকাদশী নহাক্না লাম্না চেনখ্রবা। করি ওইহৌনি য়োসনীদি মরু তুরু পামেলগুদ্রে। অশাগী য়েনিং হল্লকখিগদয়া? নোংদমখোল ওঃহাকপগী নোংদমখোলনি অনুক পিনা তরীরবা লাইবক

আশা পামেল তেকখ্রবা থাখল য়েনিং হুত্রবা করি ওইহৌনি পুন্সি। বিধিগী নোংদম্না তিম্না চিকথংশীরবী লৈরাংদো কয়াম কুইনানা মহাক্না হয়াওনা নোকচগদবা। মুংশিবগী লিপুম্না চেৎনা পুনশিনবা হৌরকপদগী ভাইরি অদুবু কোমথহনা ভংথিবনা হারে। লাইবক্কী চংশোলনা ইরং লংনা হয়াও হয়াও মকা কোংদোকচরবা অদুবু কদাই ভসিদি অঙোবা কিজোলনা হকচাবু লৈতেংলো হায়না তমখ্রবা। ইমা, ঐগী পুন্সিগী ভুংভাইবগী শুরদি অমুবাইদা অমুমক মুৎলো হায়না তমখ্রবমাৎলে। কদোমদনো ঐনা চৎকদবা লদি, কয়বা লখেলদনো ঐগী পুন্সিগী পথুং। চাকথৎলকপদা ভাইরিবা মৈরি অদুবু বিধিগী নোংংলৈনা হুমদোকনা মুংখ্রবা। ঐগী পুন্সি করি ওইগনি, হায়মু ইমা— ঐগী পুন্সি করি ওইহৌগনি, মনেমবোক্কী মচক্তা। কোন্দুনা হিক হৈমা কপ্লক্লে য়োসনী ' মথক্তা মরাইবক্তা থুত্তুম্না শুরহনা শোক্লকই—"ঐগী তুংগী পুন্সিদি অমথং লৈচিলনা থুমখ্রবা! মশেক মভাল অমত্তম্ম য়াওত্রবা, অমথা মরক অছুদা ঐনা পুন্সি লেম্লবা! নোংদমনা ঐগী লাইবকপু অস্থুম্না নাইতোম তাম্লবা শেম্বীরম্লবা। থাখলনা ফুথংনরবী য়োসনী কপথিদরে, মচি লেংথিদরে মম্না চিকশিম্লরে, মমিং উইশিনথরে। থাখলনা লাকহৎলবীদো থাদথরে।

অমুক্তম থকু নৌনা মপুরোইবা শেৎনরবী তুপগী অংবাবা। তুংশি কাইন মৈথু লাংলবী তুপীশিংগী থম্মোইদা চাক্লক্রিবা থানৈ অদু কয়াং কুইনা ওমশিন্দুনা থবা ওমগনি। অরাবগী মথক্তা

অরাবা অমূক হাপ্‌কৎলক্লে তৌকয় থঙজিলক্তবে য়ক্নী অমা-রোমদা মচা শিবগী মৈনা চাক্লিঙৈ ভাগ্যাসিমক্তদা মখোঁ হুপী বাম্বগী চৈনা। অঙাওবীগা পাংথক ওইরে। হকচাংগী থাঁইনা পাইথোকখিদে হায়বদা মখাকদে। শেংনা থাইনবগী মৈথুনা মালেম পুম্বা শুক্না মখণ্ডম তৌয়ক্লে।

ময়াম চংহুনা লাইকয়হুনা জ্ঞান ভানবা হোৎনয়ক্লে। অবাবগী চৈরক অসিদা মাগী হুপীনা জ্ঞান ভাদনা উত্তুপ ভাবগুম লৈশ্রবা মতৌ অসি উবদা য়ক্নী জ্ঞান মাংশিন্নক্লে। মথক্তা পোকচবা মচানা' লৈথিত্রবদা য়াজুগী মপাদি কোক্তা থুং হাপ্লে।

হৌজিক্তদা থঙলক্লে, মীওইবগী পুক্নিদা ম্না মুপা. লিক কোল শেল য়াম্না লৈবা মসিতনা হুংঙাইবা হায়বহ্ ওইরমদগে। ম্না নুপান্নু লৈসন্থ, শেল থুম্মন্থ খোংনেৎনসনু হুংগী ওইব। অপাবা অহ্নুনা ফংত্রবদা করবা মীওইননো হুংঙাইগদবা, মপান্দ হুমৈ য়েংবদি হুংঙাইরবা য়াই অঙবনা কল্লকপদী য়াই। আপা পুন্নমক মাগী মথক্তা নম্মুনা থমগ্নবা, মাগী মঙালদা ঙাইহাক্তং ইংনা পোথাজগে থম্নুবা বাথল অহু ঙসিদি ঈথঙ থঙহৌদনা ঝ'র কায়ক্হুনা হুমদোকথরে। মংলান পুন্নমক ইরোম্মুংদা নুপবে। কাঁয় থন্নমগনি অহুত্তবা মরাইবক থিরবা মীওই অহুগী বাথলনা।

ফনা হূইনা ময়াম চংহ্নুনা লাইকয়রবা মতুংদা মাগী চেং লৈরিমাল্লে জ্ঞান ভায়ক্লে মকোক্তা ঈশিং য়েথনে, শোনবনে খোংপনে তৌবদগী ক:ইনথংদা থমিং পাংথোক্লক্লে, বাদি ভাংদবি, মচি লেংদবি মীৎকম হোংদবি। অরাবা হুংঙাইবা পুন্নমক

কাজিন্নগা রজনীনা কৌরকই—"রোসী" হৈরা চেন্নবা মথিত্তমক য়েংলকই মথা ভারক্তে।

খাওবা ওমত্রহুনা রজনী মথৌগী মনাক্তা চংশিলহুনা অমুকহ হেন্না হৌনা কপখৎলক্লে। মথাওইবীগী খম্মোইদা অমপ্তা পোক-চবা থরাইগী লল অহুগুবা থরাই অহুনা চৎপ্লবদা করি ওইহৌনি হকচাংদি কপ্পতগী খোক্লেলনা মাইকৈ খুদিংমক অথাক অরাও মত্তৌগুরে। পুমনিল নিনখরে। কপ্পা লাওনবগী খোক্লেল অহু ভাবদা অভিয়াদা মনিং তম্না হরাও হরাও পাইজরগা চেন্না কাওবা অরাবগী খোক্লেল অহু জাবদা য়াইথোং মকশিন্না নিংবা কাইনা অরাবগী শরুক য়াহুনা পাইখরে। থরাই শোক্না কপ্পকপা খোক্লেল অহু ভারবদা কনানবু কপ্পীংলোইদব য়াওবগে। মীত্তা পীমক ভাবা ওমত্রবহু খম্মোইহুংদা হুংঙাইতবা অমা পোকপা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। লাক্লিবা মীওই খুদিংমক রোসনীগী মতৌদা কপুবা ওমত্রে।

অতাওবীগা পাংথক ওইরবী রোসনী কনমক য়ান্না রাখল লৈহুনহ মতাং অসিদদি ভশেংনমক অতাওবিগুমখরে। মীনা ঙাংবা তাখিত্রে, তানা জানা মনা শংত্রে, উনা উনা মীৎ জাংখরে। অরাবগী চৈথেংনা খম্মোই পান্না থুন্নরবদা করমনো খাঙগদবা। অমি ওইরেকো পুন্সি অরাবনা লাক্লগা মীৎবু পীরাং পীরোইনা খম্মোই শোক্না তেংথাবা, হুংঙাইবনা লাক্লগা হরাও যোমোন মীত্তা পুক্লিং পেন্না লোকচবা।

করি ওইরি রজনী। হকচাংদগী থরাইনা পাউথাক্তকিজবতা

মঙাইরে। থবাই য়াওত্র হকচাংগুল্লে। মচাশী থম্মোই য়াওনা পামজবা মখোঙ মরা চত্তুনস্ব ফিজরুবা ১. মী, অঙৎখা মমৌ অহুগীস্ব থবাই মহাকীস্ব থবাই, ইথঙ থঙহৌদনা মৃত্যু তেন্না পান্দুনা তুপ্পবদা করি ওইহৌনি। করম তৌনি, ওনথোইনা কপচবা নত্তনা কনানা ভাবিনি মাগী তেংথাখোল, কনানা থুম্বীনি মাগী মুংশি মীকৌ থুম্বীনবা মীশক অঙ্গনা চৎখ্রবদা।

নহানস্কুকী মপোক্তা করি পাপ তৌজরকপনো হন্দমুকী মপোক্তা অস্বুক ভমথিবা থাংগমদবা চৈনা অসিবু ঐগী ইকখদা পীবিরম্লীবা। মপুরোইবা কাইন শেংনবগী কপ লাওহুনা তেংথাহুনা কৌহুনা কপ্পস্ব টকাইরবী রোসনীগী মকমদদি পুংগমদবা মৈচাক্না ভাশোন ওইনা থিল্লরে। কোংগমদবা বাহৈনা বাবৈ ওইনা লকাগুংদা চাক্লরে।

মশাগী মপোকপু হন্না হন্না নিন্দা তৌজবা নত্তনা করি লৈরি লাইবক থিবিহুগী।

"রোসী, কম্মস্বদগী খোঞ্জেল অহু ইক লাওনা থি·হুনা খোঞ্জেল নিন্না কৌরকই "রোসী"। কাইনবগী মৈরিনা চাক্লবা মতম অসিদা নহাক কাইনবগী অরাবা হাম্পুবা নং ইমাবু লুংশিজবরা? মরৌবু চেৎনা কোম্মুনা অসুক হন্না কপখৎলক্লে রজনী। মতম অহুদা রোসিদি তুমিন বা ভাংহনা উমুংবঙল মাগী কাদা লেপ্তুনা লৈরি। "কম্মগস্ব তোক্রো" মরাম চংহুনা থাক্লে। অহুবু রোমনী থম্মোইদা চাক্লিবা মুংগী ওইব: মৈচাক্তি কনানবু থাংদুনি।

# অরামণ্ডাশুব মতাং

প্রেন এসিদেন্ট থোক্লনা মী থয়া শিরে হানবসি থবরদা কোংহনা থঙদবা য়াওত্রে। অকাওবা মথিং চৎপা অকবা ডাঃ অধা শিবসিদা মনিপুরগী মী অয়াবা হুংডাইবদে রাজুগী অশিবা হকচাংদি থিবা কংথিদরে। হুংশি থুদোল লৈরাং চায় থম্মহনা মহুবু ইশিং চাইহনা য়োকথংকনি হায়রবসু হার-মিংডাই লৈতে। ডুমডংগী খা নিশালদমক চাইরি হুংশি মকা য়োরকপা হুমওল কাদরি অহুবু খোংদবা দুথ্‌ংশিদা চম্‌ তমথরমাগে। নোমা কাইনবগী মৈশা কংলবা মথোয় অহুগী কোংদোক্লবা হুংগী অমাবা অহুদি মপাম্বোংদা কনানসু উবিত্রবসু থম্মোইহুংদদি চাক্লি মতম থুদিংমক্তা নিংঙমদবগী মৈরিনা। অসিগুবা ডপা ডপা চাকথংলকপা থম্মোইহুংগী মৈরি অসিদি পাক মুংলু হায়বা য়াদে। মুংনবা হোংনয়গা হেল্লা হেল্লছুম মৈরি কনা চাকথংলকই। য়োসিগী থম্মোইদসু অসিগুবা মৈরি অসিনা মতম থুদিংমক্তা চাক্লিবনি।

মীওইবগী মনত্তা মাংহনজগে হায়না থৌরাংলিবসি আশাগী থাওমৈ মুংঅবা আশাগী পামেলনা মক থুকথবা, থাথলনা য়েলিং হন্নকবা মতম অহুদতা ওইরকই।

অহু নত্রবদি মীওইবনা ইকৈদোইজেসু লিবা ওন্নমোই।

অনুরূপ। উমং বামংদা মীওইবনা চংবা কিনরিবসি অতৈনা নত্তে শিবা কিবননি। অরাবগী কপ্প লাওনবগী শুর পুন্নমক থম্মোইদগী অমম্মত্তা ওইনা মনি শামথে। লোইনমক পামগ্রবরা মংদি নত্তে কাওডমদবা ময়েক থরদি মতম খুদিংমক্তা থম্মোইদা হক্তুন। লৈরগদবনি। অরাবগীসু বানা হুংডাইবগীসু হুংডাইনা পুন্দি লোইথরে মাগীদি লৈহৌরিবা অহুত্তনা পুক্তমদবা মৈচাক থাওহুনা অরাবগী শরুক য়াহৌরিবা। চৎথিবা মহাক্তিদি চাইকথরে।

হুমিৎ কয়ানিয়োমদি য়োসীগী থম্মোই পুহমদবা মৈচাক ওইরমী, থাওকম হংদনা অরা ভুরৈর চল্লম্মী। অচবু হসিদি মহৌশাগুম নত্তরে অরাবগী চাং হথরে। মশিমক্না মহাক্তী অরাবগী রাথল অমত্তা লৈত্রবরা মতুদি নত্তে। অহুবু য়োসিদি থাংদোকখিবা খোঙথাং অহুনা থুদোং থিরে হায়হনসু তুংদা অমুক হন্দোক্তুনা অনৌবা খোঙথাং অমা থাংবা হায়বহুদি ওইথোক্লরোই। মতমা লেপ্তুনা চৎথিবা খোঙচৎনিনা থঙহৌদে য়াজু লৈথিদবা কুমওন কারক্রে। ওরাংত ওইরবোই নিংই অহুবু থা কয়া হৌজিনথররবা।

লুহোংখিবদা ডাইরিবী মচানুপীনা নৌমা লুরা ওইরবদা করম্বা মমা মপানলো থাওবা শুবগদনা। তনৌ তনৌরিবী শরুম অমনা অতৌবা কীজোলনা লৈতেংবা উবদা পুক্নিং তুংশিরোইদবা মীওই লৈত্তে। য়োসিবু মীতাক্তবা কাংবুশিং অহুমা ডংলরে ওতুনা য়োসিগী মমাদা। মথক্তুনা তুংগী পুন্দি লেমগদৌরিবা অরাবা ময়াম্ছু থম্মুবদা অমুক হন্না অতোপ্পা অমদা পীথিবা

হায়বসিদা মমাগী হয়াওনা য়ারে। মতিক চাবা মীওই অমদা য়োসিংবু পীগে হায়বসি মমানা লেপলে।

নোংমা থবাল মচানুপীগী মমুন্দা লাক্লমী। মতমমছদা য়োসিদি স্কুল চংখি। রজনীনা য়োসীগী মমা থবালবু উবদা হয়াও হয়াও কৌবে। ইমুংদা চংহনা বারি বাতাই শানরে। য়াজুগী বা হৌদোয়কপদা রজনীদি হেক্তা মপী ইয়া চেন্নকই। মচাবু থিংত্তা শংশং উরকই। মচাদা তাংখিবা চৈথিবা, থেংজিন্নক্রবদা মচাবু তাইহনা মকোলদা নৈবা পুন্নমক মথং মথং নিংশিংলকই।

নোংমা অমুক্তী।

রজনীদি শকোইদা য়াম্না কপ্পা কৌ ওরি। য়াজুদি হৌজিক কাওবা হোৌগংতরি, মুংদাং থম্না থেংনা তুবদগী। মুংশা থিহনা রজনীনা মচাগী কাংথলহ হায়দোক্না হায়রুই—"কৈদৌ.র য়াজু মশা ডমজবরা ?

করিমু তৌ:দ হায়হনা কমুংদগী কব চোংথোরকই রজনীমু কৌ ওবা চংবে। তাইহোক নৈরগা লাক্না য়াজুমু মমাগী কৌ ওবা য়াওরে। মমানা থজিকং অবাবা থবক অমা তৌবদা মহাক্ৰা হেক্তা য়াওই।

রজনীনা খাইদগী পানজবা হায়রবু "য়াজুনা চাক চাবা লোইরগা চত্তমগা শেংজিনুনা তাইগা তৈরবা অদুনি' নোংমা রজনীনা য়াবু য়েংলহনা লরুহনা হায়খি—নমাদবশিংদি অমক্তু চত্তমগা শেংদে, নংদি ইকাইদবা তাইকা তৈদোকইদো"

য়াহনা পুমখি—ঐনা ওবা থবক্তি করিগী মীতোঙ্গা শীক্লদগে।

ইশানা ওৎবা থবক্তি ইশানা ত্তোগদবনি। মচাগী পাওথুমদা রজনীনা কয়াদ পেনজখিবা রাজুবু য়েংলছুনা নোক্লগা হায়খি—"মতম খুদিংমক্তা নশানা ওৎবা থবক্ত। মাগী মতেং লৌরোইদবনি. মীবু থাহল্লগা শুংঙাইরিবা মখোয়দে অমম্বা সংসারদা খোঙদারবনি"

লুহোংলবা মতুংদা নোংমা রোসীনা নোক্লগা হায়রকই "হৌজিক্তি ঐ লাক্লবনিনা ঐনা শেংজিনজহৌরগে, লেংখৎপীরো"

—ঐহাক্তীমু ইথুৎ পানজৈয়ে ঐ শেংজগে। ত্তশেংনমক রাজুদি মহাক্না চাবগী লুখাক মাংঙান্দা অমুক্তা শেংহনখিদে।

অহুবু ওসিদি হায়বা ইন্নবা মখৌ মশক খঙলবা রাজুদো পুন্সিগী ওইনা মমাগী মকাদগী ত্তামগ্রবনি। রাজু শন্দুনা বারি হেক শারকপদা পী ঈশ্বা হেক্তা চেন্নি। খোদোকসিনু নিংশিংলক্লিবনি

থবালগু মচানুপী রোসনী রাজুদা পীবদা হয়াও হয়াও রা-রিবনি। মচানুপীনা হাত্রকাও রাজুদা পীগে খজরিবনী। অহুবু ওসিদি নুংশিজরবা ময়া অহনা ত্তামগ্রবদা মচানুপীশীদমক বাদবা ওথশিনক্তরে। চৎখিবা মদুক চৎগ্রবমু লৈহৌরিবা মাগীদি খন্দবা য়ারক্তরে।

কনা কুইনা বারি শায়বা মতুংদা থবালনা মশাগী অপাম্বা কোংদোয়কই। রোসনী নহানি. অত্তাংনি। রাজু লৈত্রবদা মাগী ফুংগী পুন্সিদা ওইহৌখদবা পুন্সিহু খুদোংথিনিংঙাইনি। ঐখোয় অখোয়বি অহল ওইরে, ফুংগী পুন্সি তেনরে, ওন্সি হয়েং খজরে। অহুবু রোসীগীদি নৈ চুখৎলকপদমক ঙাইরি। মচা মত্ত লৈহুনা লোকনি থাকনি হায়বহুমু হায়নিংঙাই লৈত্তে।

রোসনীগী মমানা হায়রিবা য়াহুদা খেস্তোককম অমত্তা নৈতে মাগীদমক রোসনীগী পুন্সিদি মাংহল্লোংদে অদুবু মহাক্কদি মমৌবু য়োনা নিংবৈ, য়োনা তুংশিন্নৈ। হেক পোকচবা মচানুপি খুমা য়োকটৈ। থম্বালগী য়াহুদা য়ানিংবদি কোংদোকচৈ অদুবু রোসনী কাইনবগী থম্নুবদি অরাবা হায়বহ্ ওইরে।

থম্বালনা খনবনা কনা য়াম্না ইনাক খুল্লবন্থু মনেম মহূ শিরবদি মথন্তা নৈবা হায়বহ্ অরাবা ওইগনি, সিংহজিৎপুদি য়োকনি অদুগ নৌজন্নিবী মচানুপিনা নৌনা লুঞ্ঝা ওইহনা য়ুম লেপ্লহ থম্বালনা পামদে। মথন্তা নৈরবদি অরাবগী মৈচাক হেম্না হেন্জি-ল্লক্‌না য়াথলনা লাইনা ওইহনা পুন্সি তেনখিবা য়াই। মচেম্বু থাক্‌থক্তা পুন্সি মাংবরবনি অসিগুম্বা ময়ামসি থম্নুবদগী মচানুপীবু অতোম্বা অমদা থাজনবা হোংনবনি। মপুরোইবগী মনাক্তা নৈহনা অরাবা পুন্নমক কাওহনা মচা-মতা পোক্‌না নৈবা অদুনি থম্বালনা পাম্লীবা।

থম্বালগী য়াহুদা য়ুজনীম্বু মসিন্দ্র কয়দৌমাল্লে নিংহনা, রো-সনীগীম্বু পুংতাইজনবা হায়হনা অতোম্বা তুপা অমদা থাজবা হায়-বহ্‌বরাওনা য়ারে। অদুবু পুক্নিংদদি থজিকং তুংতাইজদে রোসনীগী থম্নুবদা।

কনা হুইনা য়াম্নি শারবা মহুৎদা রোসনীগী মমা থম্বালম্বু চংলগে হায়রগা চংখরে। মচানুপী নৈয়মদবনিনা উন্নদনা হনখ্রে, রোসিনীনা পাওজেল তাবদা য়াম্না তকখরে, মমাবুম্বু য়ারোরে। মাপী পুন্সিনা অতোম্বা অমদা মহুল পানগে হায়বসিদি থত্রে।

পুন্সিসে মমা মম লেন্দুনা ময়ামগী কানবা থরগা ওইরবম্ তোয়মবদি মহৈ য়াম্লে থম্মরবনি। অছুবু নোংদম্বনা অমুকম্ মথক মথা ওলহনগদৌরিবরা? মীওইবগী লাইবক হায়বসি অঙকপ-নিদকো। য়োসনা চিংনদবা ওমথিদয়ে। মনেমবোক্কম্ মহাকপু চাননা তুংশিবিত্রবরা থনক্লে মনেমবোকী মনাখা চংশিন্দুনা হংলুয়ে—"ইমা, হায়রিবসি অশেংবরা? ঐহাকপু তশেংনমক তুংশিবিত্রবরা? মুম অসিদগী চৎহনৌংলব্রা?

অকোনবগী বাহৈ "ঐহাকপু তশেংনমক তুংশিবিত্রবরা? মুম সিদগী চৎহনৌংলবরা?" হায়বা বাহৈশিং অসি য়জনিগী মকথদি থাঙতমদবা ওইনা থোকখরে। মমৌগী মকোক্তু তুংশিনা নান-বিরকুগা হায়রকই—"য়োসৌ, ঐ নহাকপু তুংশিদবা নত্তে"

—অদুদি ঐহোপ্পা অমুক অতোপ্পা গুপা অমদা পীবগী বাকম অসি হায়রিবা করিগীনো?

—নংগী পুন্সিবু মাংহনৌংদে, থমু নংগী তুংগী পুন্সিনা করি ওইবা। নহাক অঙাং নত্তে।

—ঐহাক অঙাং নত্তে থঙই। অহনা ঐ অতোমা অমদা চংশা তম্মোই, তকতম তম্মোই। সিংহজিৎ নৈ, সিংহজিৎ য়োক্তু-না পুন্সি লেনগনি, করি বানিংতোই নৈ।

—"য়োসৌ, মনাকোং মেনশিন্দুবা মমীনা হায়রকই—

"মথা তাররগনু, ঐহাক থাঙবা তম্রোই" মপুক্সিং তুং-শিনা য়োসৌবু হিক হিক কপখরে।

তুসিং তম্মানিয়োম হৌখরে। মথাগা মনা'থেম্মগনা তকপনা

খাওবা ওমহূনা নোকৃনা শেম্বোকৃনা লৈগনবা মরুপ লৈম্রে। য়োসিগী অবাবা ঈরৈবা মেমচাম্ন ঈবাক্লরি।

মাহুনা লৈৱবা মতুং, য়োসিনা খাওকম খওদনা ককচাওম্না লেমবা, কমতনা শিন্না ওইরবা অহূবু ওসিদি মহৌশাগুম নত্তে, মহৌশাগুন পী তাহুনা কপকে হায়রগা হেকমক কুপা অহু তৌদরে। ওসিদি পীগী লবেল অহুম্ন এক এক কংগ্রমাল্লে। কপকে কনা হোৎনরবম্ন পীগী ঈচেলদি লাক্তরে পীগী ঈচেল মুকথিরা অসিমকনা য়োসীগী মাথল হোংলবরা ? নত্তে। অনৌবা ঈচেলদা খোঙদাগে নিংলব্রা ? মহুম্ন নত্তে। অহুদি য়োসীগী মাথলনা ঈচেল লৈথিবগী মরম করিনো ? অনৌবা আশা অমা য়েনিং হল্লবরা ? হোই হায়বা য়াবে আশা অমা লাক্লমাল্লে।

আশাগী শামেল তেকপ্রবম্ন মরু লৈহৌরিমাল্লে, মরু অহূনা ওসিদি মরোল চোংহনগদৌরিমালে। অহুবু য়োসীগী মারেপ্তী "খাংদোকপ্রবা খোঙ অংগ অমুক খাংজিলক্লুবা অতোম্মা অন্দা অমুক খাংচরাই" ওসিনু. হৌজিকমক্তু মারেপ অরি কাওররি, খোঙথাং খুদিংদা মারেপ অমিমক লৌরি।

মাগী কাদা থাবিবা মাইক্লদকী তেবল অহুদা মথুংনা চা-থরহনা মীৎয়েংনা অহাংবদা য়েংলহনা পম্বুংকম খওম্রবা লোইবা বরা মাইক্লবা মাথল মরামহ থম্মি। মাইপোংহ্ন পংমক মকশি-নম্ন হায়রকুদি নত্তে। মথক্তা চনিং তাবা থর অমা হোল্লহনা পোক্তরকই "ইচে লৈবিরে খাঙুথক্তা, মহাকম্ন লৈথিরে খক্তদৌ মনা ঐম্ন, অমুক.................... মীওইবা পোক্লপা পুদিনু.

ইপুরোইববু থম্মোইদা চেৎনা থাগোল্লকরগা ময়ামগী সেবাদা পুন্সিমে কৎলগে থনজরুবনি অহুবু নোংদম্বনা মসিন্থু তম্বিরমগ্রবারে.. ওয়-ৈতনহল্লয়ে। ইপুরোইবগী মুখকমদা লৈনা লৈনা ঐগী পুন্সিনা য়াত্তাজবা হ'য়বদো নোংদম্বা থিথিনা তমাবরমগ্রে। ঐগী লাইব-ক্তুম থোকউ হায়বছনা ওজিদি মুম থাদোক্তুনা চৎলে। করম্বা থকমদ কদায়দা লম্বুংকম ওইরম্নগে হায়বছুদি ঐহাক থওদে। অহুবু ঐহাক পুন্সিগী লানকমদা থাংথিরে হায়ছনা থিবদি লিয়োই, ঐগী-দমক মুংশাথিবা পুন্নমক থাদোকপীয়ু! ঐহাকী অমুক থাংদোকপ্রবা থোক্ত অসে অমুক হনজিন্নকপগী থৌনাদি ঐঙোম্দা লৈজরে। অমুক থিথিংনা ঐগী অনিংববু মৈথাইথিয়রু: সেবা মতোন লোয়মলমরে ঐবু থাংয়ৌথিগন্থ্. ঐগী লাইবক্তা ময়াম পুন্নমকপু শেংন থাইংনৌ হায়না তমগ্রবারে। নথোক্ত পুরেথাদা পুক্ননজরি—ঐহাকপু ভাকপীয়ু

য়োসনী—

চিঠী পাবা লোইরে। ময়াম পুন্নমক কপলে। রো সিন' মথোয়না অচৌবা মমাল অমা লংজরে থন্নক্লে। মমৌবু মহাকনা ত:থোকপ্রবনি, মাগী থাথল থওদবনা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎপ্রবনি মনৌপুণীগী মওাক্তা থিনথিযো হায়ছনা কপলক্লে। থৌজিকমক য়োসী থিঙু, মাগী মনাক্তা থিনথিনু হায়ছনা মজনী থাথা য়াদনা কপ-লক্লে। অহুবু য়োসনীদি কদায় ! করম্বা মকমদা লৈরমগদবা কদায়দা কংগদবা। লম্বুংকম থওদনা কদায়দা চৎপ্রবা কদায়দা চৎথয়বা য়োসনীনা !!



লোইরবা—

মথংদা অমুক পুথোকচরগনি

অইবীগী কলংদগী

# “নহাকপু ঐগী কনানো”

মাঙত্রবা ঈশৈগী স্বর

[ অইবীগী হাম্রা ক্রোংথ্রবা ]